*মহাশ্বেতা দেবীগী "হাজার চুরাশির মা"*

# লিশিং অমা মরিফুমরিগী মমা

*মণিপুরীদা হন্দোকপা*

ক্ষেত্রিমযূম সান্ত




এন আর পাব্লিকেসন্স

পাউনা বাজার, ইম্ফাল - ৭৯৫ ০০১

**HAJAR CHURASHIR 'MA :**
(One Thousand And Eighty Four's Mother)
*Written by* **Mahasveta Devi**
and Translated into Manipuri by **Kshetrimayum Santa**
Sagolband Meino Leirak, Imphal - 795 001, Manipur

| | | |
|---|---|---|
| অইবী | : | মহাশ্বেতা দেবী |
| হন্দোকপা | : | ক্ষেত্রিময়ূম সান্ত<br>শগোলবন্দ মৈনো লৈবক,<br>ইম্ফাল-৭৯৫০০১ |
| অহানবা ফোঙবা | : | ২০১২ ইং |
| অফোঙবা | : | এন আব পাব্লিকেসন্স<br>পাউনা বাজাব, ইম্ফাল - ৭৯৫ ০০১ |
| © | : | হন্দোকপা |
| মমল | : | লুপা ১০০।- |
| নম্ফম | : | ঐঙ্গা ইন্টবপ্রাইজেস, কৈশামপাৎ। |

কাপ্পবগী মিংদা লৈখিদ্রবশিংগী অমসুং
মখোয়গা শেংন- খাইনথৌবগী
অরো- মৈশা নংথৌরবা ইমুং- মনুংগী
মীওইশিংগী মফমদা
কচচরি।

# মহাশ্বেতা দেবীগী অয়াবা

I am happy that KSHETRIMAYUM SANTA has translated my 'HAJAR CHURASHIR MA', from the Bengali drama I give him permission and wish him success

Mahasveta Devi.
4.11 09.

Telephone - 2414-303
JOY BHADRA'S MOBILE NO.
9007342242

① mahasvetadevi80@gmail Com
② bothika@gmail Com
③ bhadra_joy34@gmail Com

ADDRESS _ Mahasveta Devi
W2C - 12/3, PHASE II,
GOLF GREEN
KOLKATA
700095.

# ৱাহৈ খরদং

মহাশ্বেতা দেবী (পোকপা- জনুৱাৰী ১৪,১৯২৬ ইং), হৌজিক হৌজিক হিংলিবা ভাবতকী মশক নাইৰবা সাহিত্যকাবশিংগী মনুংদা ভাবতকী নীংতম আন্দোলন্দা নহা ওইবিবৈঙদগী শক্তক য়াবকপা মীশক অমনি। অইবী, একাদেমিসিয়ান, সমাজ সেবীকা, মকুওইনা ত্রাইবেলশিংগী ফগৎনবা হীবমশিংদা থবক তৌবী অসি ভাবতকী লৌমীশিংগী আন্দোলন্দা খৃৎমাবা অমা ওইখিবা হৌজিকী বাংলাদেশ অমসুং ভাবতকী লৌমীশিংনা চঙশিনখিবা তেভাগা আন্দোলন্দা মশক থোক্লা শক্তক যাবকখি। মদুনা মবম ওইদুনা খুঙ্গংগী, মকুওইনা ত্রাইবেলশিংনা নম্লা তাবা খুঙ্গংশিংদা লৈবা লৌমী খুঞ্জাশিংগা ৱাবী শান্নবা, তিন্ন-তোৎনবা অমসুং মখোযগী পুন্সি মহীংগী মবমদা হকচিন্না নৈনবগী তাঞ্জা ফংখি। আন্দোলন অসিনা মহাক্কী সাহিত্য অমসুং সমাজ সেবাগী লমদা অচৌবা ঈথিল পীখি। মসিননি মহাক্কী খৃৎই অযাম্বদা ত্রাইবেলশিংগী পুন্সি মহীং, মখোযবু নমথৰীবা, নুপীশিংগী ইমান্সিপেসনগী মনুংদা ৱার্কিং ক্লাসকী মীৎযেংদা ইবিবশিংসি।

অইবী অসিগী পুন্সিদা অচৌবা ইনোৎ অমা হাপখিবদি বিশ্ব কবি ৰবীন্দ্রনাথ ঠাকুৰনা লিংখৎলম্বা বিশ্ববিদ্যালয শান্তিনিকেতন অসিননি। শান্তিনিকেতনদা ছাত্রী অমা ওইবিবৈঙদা ভাবতকী ছাত্রগী আন্দোলন্দা শক্তক যাবকপগা লোযননা লেফট ৱিং পোলিটিকেল মুভমেন্টতসু মতম খবা কেদৰ অমা ওইনা যাওবকখি। খৃ ১৯৪২গী বেঙ্গল ফেমিনগী মতমদসু ভলুন্টিযাব অমা ওইনা অৱা- অনা তাববশিংবু মতেং পাংলকখি অমসুং কলচবেল মুভমেন্ট অমা শাগৎনবগী পান্দমদা লিংখৎখিবা 'ইন্দিযান পীপলস থিযেটব এসোসিযেসন' (আই পি টি এ) দা যাওদুনা মতমদুগী শক্লাইবৰা প্রোগেশিব আর্টিষ্টশিং অমসুং অইবশিংগা লোযননা থবক তৌমিন্নবকখি।

অসিগুম্বা অইবী অসিনা হৌজিক ফাওবদা উপন্যাস, দ্রামা, ব্রাবী মচা অমসুং ব্রাবেং লাইবিক ১৫০গী মথক্তা ইখ্রে। মমিং পনবা যাবা খবদি--- *হাজাব চুবাশিব মা, বিশ একুশ, অক্লান্ত, কৌবব, দ্রোপতি, আজিব, অমৃত সঞ্চয়, চোটি মুণ্ডা এবং তাব তীব* অসিনচিংবা অসিনি। মহাক্না সাহিত্যদা পীবিবা দানশিং অসিবু মশক খঙবিদুনা মঙোন্দা সাহিত্য অকাদেমি, জ্ঞানপিঠ অমসুং মেগাসেসে এৱার্ডনচিংবা কযা পীখি। ভাবত সবকাবনসু মঙোন্দা পদ্মশ্রী এৱার্ডসু পীখি।

মহাশ্বেতা দেবীগী খুৎইশিং অসি অসুক্কী মতীক শক্তি লৈখ্রে মদুদি খুৎইশিং অসিনা অনৌবা মীবোলশিংবু ''' ৎ- অনৈ লৈতবা অমসুং মান্নবা খুন্নাই অম' ''াগৎনবা আন্দোলনলোমদা চিং''ল্লি। মসি পূম্নমকসি যেংলুবগা মহাক অসি অনৌবা ভাবতকী 'বিবেল বাইটব' অমনি হাযবদা হাযমনবা থোকত্রে। হৌজিকসু শোখববা, তোল্ল- তাববা ত্রাইবেল অমসুং মীযামগীদমক বাইটব এক্টিভিষ্ট অমা ওইনা সমাজ সেবা তৌবি।

মহাশ্বেতা দেবীগী *হাজাব চুবাশিব মা* অসি ভাবতকী লোন কযাদতা নত্তনা পৃথিবীগী অতৈ লোল কযা অমদসু হন্দোক্নুনা উপন্যাস অমসুং দ্রামা ওইনা ফোঙনখ্রে। লাইবিক অসিমক দ্রামা অমসুং সিনেমা ওইনা লোল কযা অমদা শান্নখ্রে অমসুং উৎখ্রে। অসিগুম্বা অইবী অসিনা মশানা ইজবা উপন্যাসতগী মশামক্না দ্রামাটাইজ তৌবা বাংলা দ্রামা লাইবিক্তগী মশানা অমুক ইংবাজীদা হন্দোকপা *হাজাব চুবাশিব মা* অসি মণিপুবীদা হন্দোক্নুনা মণিপুবী সাহিত্যদা খুদোল তন্নিবা অসিমক অইবী মহাশ্বেতা দেবীনা মশাগী অযাবা পীবিবকপগী মতুংইন্না ঙমজবনি। অযাবা অসি অইবী অসিনা খুট্ট কুম ২০০৯ গী নবেম্বব ৪দা ইম্ফালদা লাক্লম্বদা পীবিবম্বনি। মদুগীদমক অইবী অসিবু ঙমখৈ লৈতনা থাগৎচবি।

মহাশ্বেতা দেবীগী দ্রামা লাইবিক *হাজাব চুবাশিব মা* অসি ঐহাক্না কলকতা সহবদা মতম খবা লৈকুববা মতুংদা যূমদা থোবকপগী লম্বীগী খোঙচৎতা পাগে খন্দুনা কলকত্তাগী পার্ক ষ্ট্রিটতা লৈবা ওক্সফোর্ড বুক ষ্টোবদগী লৈবকপনি। লাইবিক অসিদা নত্তে, মহাক্না ইবা লাইবিক খবসু পূন্না লৈবকখিবনি। শাংলবা ত্রেনগী খোঙচৎ অদুদা মহাক্কী লাইবিকসি হেক পাবা

হৌখিবদগী মঙক্কী লাইবিক্কী প্লোটশিং অদুনা ঐহাকপু মীৎকুপ অমা ফাওবা পাৎ। লেপহনখিদে। মীৎতা দৃশ্য পুম্নমক শংশং উহনবা ঙম্বা অদুগা পৃক্কিং অমসুং থম্মোইবু লাইবিকসিগী পাত্রশিংনা ঙাংনবিবা ব্রাহৈ- ব্রাতাশিংনা ঐহাকপু লোইবা যাওবা পানবা চিংদুনা পুখি। পাবা যাম্না থুনা লোইখি। খোঙচৎতুদা নুংঙাইমন্দুনা অহুম্লক্কুম্বা হঞ্জিন- হঞ্জিন্না পাখি। ব্রাখলদা ফাওবকখি, মণিপুরগী হৌজিক ওইবিবা ফিভম অসিদা লাইবিকসি ইমাবোলদ' হন্দোক্কুনা মীযামদা পাহল্লবদি কান্নবা খবদি ফংবা যাই হাযনা। যুমদা হেক যৌবগা, তন্দনমক, চে- কলম পাযখৎতুনা ইমাবোন্দা হন্দোকপা হৌখি। হান্না হঞ্জিন- হঞ্জিন্না পাখ্রবনিন, নুমিৎ মঙানিগী মনুংদা হন্দোকপা লোইখি। লাইবিক হন্দোকপগী থবক অসি ঐহাক্কী পক্সিদা মসিনা অহানবনি, খুৎলোযবদি নত্তে। অদুবু মহাশ্বেতাগী খুৎইশিং অসিদা পামজকবদগী লাইবিক খবসু হন্দোক্কে। ঐহাক্না মণিপুরীদা হন্দোকচবিবা লাইবিক অসিনা অপাবশিংদা ব্রাখল খবদং খলহনবা ঙম্লবদি হোৎনজমল মহয যাল্লে খঞ্জগনি। হন্দোকপদা অবান- অহুই যাওবম্লবসু অইবদা খ্বাইনা খঙহনবীবক্লবদি মথংগী খুৎনমদা চুমথোকচনবগী খুদোংচাবা লৌজগে।

অবোইবদা লাইবিক অসিবু পুথোক্লবা হোৎনবদা পৃক্কিংগী ইথিল পীবিবকখিবা ওজা নোংমাইথেম তোম্বী সিংহ অমসং মরূপ- মপাংশিং— মরুওইনা ইনাও নাওতম বঞ্জন মীতৈবু মপাল নাইদনা থাগৎপা ফোঙদোকচবি। লোযননা লাইবিক অসিবু অথুবা মতমদা নম্বগী থৌদাং লৌবিখিবা ঐগী ইনাও কে নিল্লচন্দ্র শর্ম্মবুসু থাগৎপা ফোঙদোকচবি।

ক্ষেত্রিমযুম সান্ত

# অহানবা

*ফিজং হাইগৎলকপদা ফম্বাক্তু ইমম মম্মী। ফিজং অসুম হাইগৎলকপদা 'জনুৱাবী ১৭, ১৯৭০' হাযবা খোঞ্জেলনা মবক মবক্তা লেপ্লগা অহন্নক লাউবকই। ফম্বাক্কী তঙ্খায অমা অযুক্কী ঙাংঙ্গানবা মঙালনা শন্দোবকপগা লোযননা টেলিফোনগী বিং লাকপগী মখোল তাবকই। সুজাতা ফমুংদগী হৌগৎলগা অঙৌবা মচুগী সাড়ি শেত্তুনা চঙলকই। ওফিসাব অমগী খোঞ্জেল তাবকই (মনুংদা টেলিফোন্দগী)।*

খোঞ্জেল . মসিবু ৪৬০০১ ওইবীবব্রা ?

সুজাতা : মান্নি।

খোঞ্জেল : দিব্যানাথ চট্টোপধ্যাযগী যুম্না ?

সুজাতা : মান্নি।

খোঞ্জেল . অদোম্বু কনা ওইবীববনো ?

সুজাতা · (*ঙক্না*) শ্রীমতি চট্টোপধ্যাযনি।

খোঞ্জেল . শ্রীমতি দিব্যানাথ চট্টোপধ্যাযবা ?

সুজাতা : মান্নিনে। অদোম্বু কনানো ?

খোঞ্জেল : যুমদুদা ইমুং- মনুংগ।। নীপা অমত্তা লৈতব্রা ?

সুজাতা তৃম্লি। অদোম্বু কনানো ?

খোঞ্জেল · ব্রাতি চট্টোপধ্যাযগা অদোমগা কবি হৌবী [illegible] ?

সুজাতা : ইচানুপানি।

খোঞ্জেল · নচানীপা ? কান্টাপুকুবদা লাকপীযু ।

সুজাতা : (*ইঙক ঙক্লা*) কান্টাপুকুবদা ?

খোঞ্জেল হোয। ব্রাতি চট্টোপধ্যাযবু অদোম্না আইদেন্টিফাই তৌবিবো।

*অতোপ্পা নাকলদা টেলিফোন থমখিবগী মখোল তাই। সুজাতাগী মখূত্তগী বিসিভবদু নাহুদুনা তাখি। দিব্যানাথ অমসুং জ্যোতি চঙলকই।*

দিব্যানাথ : কবি তৌবে ? কনানোনে ?

সুজাতা . ঐ ভাব তাদে।

দিব্যানাথ · কবিনো নঙনা ভাব তাদে হাযবিবদুবো ?

সুজাতা . ফোন তৌবকইদুবু কনানো ? মহাক্লা হাযববু কান্টাপুকুবদা লাকউ।

দিব্যানাথ কবি ?

জ্যোতি · কবিনো ইমানা হাযবিদুবো ?

সুজাতা . মহাক্লা হায কান্টাপুকুবদা লাকউ। মহাক্লা হায .. নঙনা আইদেন্টিফাই তৌবিবো। ব্রাতি ?

*দিব্যানাথ অমদি জ্যোতি অমগা অমগা যেংনদুনা লৈ। তশেংনা কবি থোকখ্রবগে খঙলবগা মওংদা।*

দিব্যানাথ . কান্টাপুকুবদা ?

সুজাতা · ঐবু নঙোন্দা হাযদ্রিব্রা ? জ্যোতি কাবদু থৌদোবকউ।

দিব্যানাথ : যাবোই। ঐখোযগী কাবদু যাবোই।

সুজাতা : কবিগী য়াবোইদৌব্রা ?

দিব্যানাথ : ঐগী কাববু, কান্টাপুকুবদা চৎপা ? য়াবোই। তাউ জ্যোতি...।

জ্যোতি : তাবি, কবিনো ?

সুজাতা : কবিগীনো ? কাবদু মফমদুদা চৎপা যাবোইদৌবিবো?

দিব্যানাথ : কাবদু ঐ দবকাব লৈ। ঐ চৌধুবিগীদা চৎকদৌবি। নঙনা দত্তাদা টিলিফোন তৌ। মঙোন্দা হায়যু ...। নঙনা হৌজিক ফাওবা যৌনবা চত্রিববো কবিগীনো ?

সুজাতা : নঙনা মী অতৈগীদা চৎপগী ব্রা ঙাংলিবনিনে ? অদুবু কবিগীনো ? ভ্রাতিদি ... ।

দিব্যানাথ : (*সুজাতা লৈবি হায়বা খন্দনা*) জ্যোতি, হৌজিকসু মতম লৈবি। পুলিসতা নখোয় ননেম্বোক্কী মবী মতা অমা লৈবদাযনে ?

জ্যোতি : ইশেন ইবাই থোক্লবা অমা লৈ।

দিব্যানাথ : মঙোন্দা টেলিফোন তৌখো। চৌধুবিনা মদু থুনা লোইশিনবদা মতেং পাংগনি। মহাক্লা ঐখোযদা খঙহল্লকখ্রবদুনি।

সুজাতা : (*ইখঙ - খঙহৌদনা ইপা পাখৎনা*) কবিবুনো থুনা লোইশিনগদৌবিবদুবো কবিনো নঙনা ঙাংলিদুবো ?

দিব্যানাথ : জ্যোতি, মতম মা৬২ল্লনু।

*মহাক মপান্দা থোকখি।*

সুজাতা : জ্যোতি! (*জ্যোতিদি নম্বব অমা দাইল তৌবদা মখৌ চিল্লি, পাউখুম পীদে*) জ্যোতি! জ্যোতি! কবি তৌবে?

জ্যোতি : ব্রাতিদু ... ( *দাইল অদুম তৌবি, অদুবু নম্ববদু ফংদে*)

সুজাতা : জ্যোতি ! কান্টাপুকুব হায়বিসিবু কবিনো ?

জ্যোতি : ( *উপায় লৈতনা* ) পুলিসকী .. মোর্গনি।

সুজাতা : পুলিসকী... মোর্গ হাযবা ?

জ্যোতি ( *খুম্নিংদনা, খুমদবদি যাদদুনা* ) হোয!

সুজাতা . ( *জ্ঞান লাক্লদুনা* ) অদুনবা নখোয পাবুংনা চৌধুবিগীদা থুনা চত্তৌবিদো ? অদুগা ব্রাতিগী মনাক্তদি ? ব্রাতিগী মনাক্তনা কনা চত্তৌবিবা ?

জ্যোতি : ইমা, ঙাযহাক লৈবগা ঐখোয চৎকনি।

সুজাতা . ঙাযহাক লৈবগা ?

*সুজাতানা মকোক হাই, হাইবি। মহাক্লা লেপ্লিবা ফম্বাক্কী শকক অদু মমখি। ফম্বাক্কী অতোপ্পা শকক্তা নহা মঙা চঙলকই অদুগা হিপথবগা মশাবু অঙৌবা ফিনা কুপশিঞ্জে। মী অনী অমসু চঙলক্লগা লেপ্লে। ফম্বাক্কী শকক অদু মমদুনা লৈ। অমম্বদা সুজাতাগী খোঞ্জেল তাবকই।*

সুজাতা জ্যোতিগা জ্যোতিগী মপাবুংগনা . ( *ঙাযহাক কান্নবগা* ) পাউদু নমশিনখিনবা মফমদুদা চৎকদৌরিবা ( *ঙাযহাক অমুক কান্নবগা* ) অদুগা ঐনা মফমসিদা ইতোমতা লৈহৌবা .. ।

# অনিশুবা

*ফম্বাক্কী অতোপ্পা তঙ্খাযদু মৈ থানগৎলকই। হকচাং মঙা ফিনা কুপ্পুনা লৈ। মথৌ তৌবিবা পুলিস ওফিসাব- ইন- চার্জ অদু কবিসু নাচুংদনা হকচাংশিংদুগী কোক মনাক্তা লেপ্পুনা লৈ। অশিবা হকচাংশিংদু শেমজিন শাজিন্দুনা সংস্কাব তৌবদা মতেং পাংবা শোক্ক শম্নবা যাদবা অতোনবা জাতি ডোমদুনা মহাক্কী মনা ক্তা লেপ্লি। মনুংলোমদগী নুপী অমনা কপ্পগী মখোল তাবি।*

কপ্লিবা খোঞ্জেল : মাবু ইনাক্তা পুবিবকউ। মাবু ইথানুংসিদা অমুক্তদি চেজেৎনা কোঞ্জগে অদুগা ঐ অমুক হন্না কপ্পবোই। ইমাগী সোমু . .।

*অতপ্পা খোঞ্জেলদা তেংথা নাওইবদু তাংকক অদুমা চুপ্পা চখৈ।*

ওফিসাব (*মখুত্তা পাযবিবা চেদ্ যেংলগা সুজাতাদা হাযবকই*) ব্রাতি। মান্নি ব্রাতি চট্টোপাধ্যাযনি।( *সজাতা লেপ্লি. থাজদবগী মীংযেং অমদা মখুৎনা মশাগী মচিনবান্দ্ মেনশিল্লদুনা*) ওযবোমদগী অংঙমশুবা হকচাংসিনি ফুট মঙাগা ইঞ্চি তবা বাংবনি, মসি নংব্রা ?

সুজাতা মন্নি.

ওফিসাব : কুচু ঙৌই ?

সজাতা · কনাগীবো ?

ওফিসাব : নঙগী নচানীপাগী। ব্রাতি চট্টোপধ্যায়গী।

সুজাতা : ব্রাতিদি কদায়দা লৈবিবা ?

ওফিসাব : আইদেন্টিফিকেসন মার্কা লৈব্রা ?

সুজাতা : মখনাওদা। মখনাওদা শম্ভু অমা লৈবনি।

ওফিসাব : চুল্লে। *(মহাক্না ডোমদা ইঙ্গিৎ তৌই, ডোম্না অশিবা হকচাংদুগী মখোঙদগী মঙক ফাওবগী ফি হাইদোকই, অদুবু মমাযদি ফিনা অদুম খুমজিল্লি। সুজাতানা খোঙ্গ্রাওগী মপান্দুদা মখূৎনা শোকই, ঈ খবা থেংনবদা ইপা পাখৎনা মখূত্তু চিংথোবকই। মতুংদা অমুক্তসু ইপা পাখৎনা মখূত্তু তিংথোক্তুনা অশিবা হকচাংগী ফিদুদা পাযকই। মকোক্তু হাইবদুনা হন্না হন্না হায "নত্তে, নত্তে, নত্তে, নত্তে... " অকিবগী মশক ওইববা 'মান্নি' হাযবা ব্রাহৈদু 'নত্তে' হাযবা ব্রাহৈনা শিন্দোকপা ঙমগদবগী মওংদা যেংদুনা। কবিগুম্বা খবা পাযনিংবগী মওংদা লৈবা ব্রাতিগী ইতিং তিংবা মখূৎ অদু মহাক্না থাঙ্গৎলি ... মহাক্না কবিবু লামখিবগে ? সুজাতানা খূত্তু থাদোকপা মতমদা খূত্তু পোপ লাউনা মখাদা তাখি। মহাক্না মকোক হাইদুনা ব্রাতিগী মমায হাযদোক্লগা মখূৎনা লাম্লকই।)* যাদে। মমায়দু হাইদোক্কনু।

সুজাতা : ঐ মাগী মমায়দু যেংগে।

ডোম : কবি যেংগদৌবিবনো, ইমা ? মমাযদি কবিমত্তা যাওদ্রে।

সুজাতা : ( *ফিজিনা মপি তৈথোকই, ব্রাতিগী মমাযদু উবা ফংদে, মকোক্তু ফিভম চাদবা মাযকৈদা ওন্দুনা লৈ*) ব্রাতি ! ব্রাতি! *(ব্রাতিগী মমাযদু তপ্না তপ্না নানবী অদুগা মখূত্তু খংচিং চিংথোবকই)* ব্রাতি! ব্রাতি! *(ব্রাতিগী মকোক্তু কোনগে*

*খন্দুনা পাকথবকই অদুবু কোন্দে, মঙক্তা কোন্দুনা লৈ। মখূত্তু তপ্পা থাঙ্গৎলকই, মমিত্তু তবংদা যেংই অদুগা মূকম মূকম শোল্লি)* ঐনা মাবু যূমদা পুগনি।

ওফিসাব : যাবোই।

সুজাতা : ঐনা মাবু যূমদা পুবা যাবোইদবা ?

ওফিসাব : যাবোই।

সুজাতা : যাবোইযে ?

ওফিসাব : যাবোই। নঙনা হকচাংদু লৌবা যাবোই।

সুজাতা : ঐনা মাবু লৌবা যাবোইযে ?

ওফিসাব : যাবোই। নঙনা হকচাংদু লৌবা যাবোই।

*'যাবোই। নঙনা হকচাং লৌবা যাবোই' হাযবা ৱাহৈ পবেং অসিগী খোল্লাংনা অনেম অৱাং নাইনা সুজাতাগী মমাযদা শাজৈনা কনবগুম কনশিল্লকই। সুজাতা খুরু খুদক কুন্দুনা মথৱাই নুংঙাইতনা মথকলোমদা যেংদুনা লৈ। ফিজংদু থাদবকপগা লোযননা মঙালদু তপ্পা তপ্পা মমথবকখি।*

# অহুমশুবা

*ফিজং হাইগৎলকই। ফম্বাক্তু মম্মা লৈ। টেলিফোন লাকপগী মখোল তাই। মনুংদগী সুজাতাগী খোঞ্জেল।*

সুজাতা : ঙসিসু জনুৱাবী ১৭ নি, চহি অনীসু হৌখ্রে। অযুক অঙনবসিদা ফোনসু অমুক লাক্লে, ব্রাতিগী বার্থ দে নুমিৎসিদা।

*টেলিফোন্দা সুজাতাগী খোঞ্জেলখক্তমক তাবি। টেলিফোন্দা ৱা ঙাংলিঙৈদা ফম্বাক্তু মৈ মমদুনা লৈ।*

সুজাতা : নন্দিনীবা ? ... মান্নে, ব্রাতিগী মমানে .... ও কে, ঐ লাক্কনি... . যাবে, নুংথিলগী পুং মবিদা.... চৎলোই, ঙসিদি ঐ বেঙ্ক চৎলোই। ঙসিদি তুলিগী হাযন- শীংনবা নুমিৎনি... খঙহৌদ্রে, মখোযনা নুমিৎ লেপ্পবদা ঐঙোন্দা হংলমদ্রে।

*টেলিফোন্দা ৱাবী শান্নবা অদুদা নন্দিনীগী খোঞ্জেলদু ঙংদুনা কবিনো হাযবা খঙবা ঙমদে।*

*ঙাযহাক কান্নবগা ফম্বাক্তুদা মৈ ঙাল্লকই। সুজাতাগী মচানুপী অতোনবী তুলিদু তেবল মনাক্তা শাউনীংগুম কবিগুম ফমদুনা লৈ। শেম্বদা ঙাযবিবা লাইম জ্যুস গ্লাস অমা মখুত্তা পাযদুনা সুজাতাগী মনাক্তা চঙলকই। মমাযদু নাবনা ইশুক শুকথৈ। সুজাতাদু তেবল মনাক্তা ফম্মী।*

তুলি : ইমাগী চা লৈত্ৰব্ৰো ?

সুজাতা : য়াবে, লাইম জ্যুস লৈবিবসিদি ।

তুলি : কবি তৌবে ? নাবদু ফত্ৰিব্ৰা ?

সুজাতা : অযুক্তা বেবালগাম অমা চাববনি।

তুলি : কবিনো খঙদ্রে, ইমানা যাদ্রিবসি? এপেন্দিক্স লৌথোকপসিদি লাযখ্ৰবা ওপবেসন্নি। কবিসু কিনিংঙাই লৈতে।

সুজাতা : (*জ্যুসতু চামচ অমনা ওৎলদুনা*) নাদুনতদি লৈতেদা। হার্টনগা ফত্তবগা, ঈগা থাংদবসিদা তৌবনি। ডাক্তবনা শোযদনা ফগনি হাযবসু খন্দে।

তুলি : অদুদি কবম্বা মতমদা তৌদৌবিবনো ?

সুজাতা : নঙগী লুহোংবৰ্দদি লোইশিনখিসি।

তুলি : মদুদি এপ্রিলদনিদনা।

সুজাতা : যেংখিসি।

তুলি : অসুক ঙনবসিদা টেলিফোন তৌবকইদুবু কনানো ?

সুজাতা : (*ঙাযহাক লেপ্লগা*) নন্দিনীনি।

তুলি : নন্দিনীনা ?

সুজাতা : হোয।

তুলি : (*ঙাযহাক কান্নবগা হু- হু কামদুনা*) কবম্বা যুম্লো ! মতম চানা লাক্কুনা কনামত্তনা চা ফাওবা থকপিনীংদ্রবা, ঐখোয যুমসিবো।

সুজাতা : চাগীদমক্তা কনানবু লাক্কৌবিবনো ? জ্যোতিসু হৌগত্রি। নখোয় নপাবুংসু .... ।

তুলি : পাবুংগীদি কবিসু তৌনিংঙায লৈত্রে। মাগী মালিস তৌবা নীপাদু হেক চৎখিবগা ঐনা শঙ্গোম গ্লাস অমা পীহনখ্রবনি।

সুজাতা বিনিদি লাই খুকমফমদা লৈবিবনি।

তুলি · ঐদি ইকাযবিখ্রেদা।

সুজাতা : কবিগী ইকাযবিবিবা ?

তুলি · কদাযদগীনো ভক্তিদুবু মহাক্না লৌকবিবা ? মহাক্তি বৃটেন্দা পোকপদাযনে।

সুজাতা · (*তুলিগী ইশৌদু হেনমল্লে খল্লদুনা*) অদু কৈদৌববা ? মাগী মপাদু বৃটেন্দা থবক তৌবম্মী, মহাকসু মফমদুদা লৈরুই। মশাগী চহি তবাতকক শুবা ফাওবা বৃটেন্দা লৈরুই, মদুগীদমক লাই খুকমফমদা লৈবা লাইশিংদুদা লৈ মনা খবা, ঈশিং খুজোক অমা কৎপা যাদে হাযবদি মবম চাদে।

তুলি : নঙদি কবিমত্তা খঙপোৎ নত্তে।

সুজাতা : খঙদে।

তুলি : ঐদি খঙই।

সুজাতা ননেম্বোক ওইদৌবিদুগী গুরু স্বামীদুদদি নঙ থাজেনে। মদুদি ইকাযদ্রগা বিনিনা লাই খুকমফমদা মপূক্লিং খজিক চঙবদি কবিগী ইকাযদৌবিবা? বিনিগী তুংদা নঙনা ঙাংইবদু, নঙসে ওম্ভোক্না নপূকচেল পীকখ্রেদা!

তুলি . অতোপ্পা মীগী থাজবদা ব্রাতিদি নোক্লদব্রনে ?

সুজাতা : নঙনা শ্বামীদা থাজবা অদুগা বিনিনা মাগী লাই খুকমফমদা থাজবগা ব্রাতিগী থাজবগদি যাম্লমক তোঙান্নখ্রে, ব্রাফমসিদা নঙনা ব্রাতিগী মীং পকশিল্লকইবদু নাতে চাদে।

তুলি : অমুক্কসু তৌবেনে ! ঐখোযনা ব্রাতিগী মমীং হেক পল্লুবদা নঙদি তাপ হেক্তা ওক্লক্কদৌনি।

সুজাতা : ওক্কবদি ।

তুলি : ঐখোযসিবু মাগী মমীংকা পনবা য়াদ্রবো ?

সুজাতা : নখোযনা পল্লিবা মওংদুননি ! ঐবু নুংঙাইহন্দিবা !

তুলি : নঙোন্দা কবি নুংঙাইহন্দ্রিবা ?

সুজাতা : তোনি অমসুং মাগী অতোপ্পা মীশিংদা নঙ, নখোযগী পাবুং, জ্যোতি, নীপা নখোয পূম্নমক্না ব্রাতিবু ক্রিমিনেল অমগুম্না ঙাংবা ব্রাঙাংদুননি।

তুলি : হৌজিক ফাওবা অসুমাযনা ঙাংলিনে ... ।

সুজাতা : তুমিন লৈয়ু, তুলি।

তুলি : ভোল্টতগী লিক-কোলশিং অদুনা কনানা লৌথকদৌবিবা?

সুজাতা . ঐনা মদু পুথবক্কনি।

তুলি : ইমাবু নুমিদাংব্রাইবমদা যূম্নদা লৈগদ্রনে ?

সুজাতা : কবিগী লৈবোইদগে ? ঙসিদি ব্রাতিগী বার্থ ডেনি। নখোযনা হায়ন ি নবগী নুমিৎ লেপ্পদা ব্রাফমদু থওই ব্রাওইনা লৌদ্রবসু, ঐদি খল্লি , থৌবমদুদা ঐ যাওগনি।

তুলি : মদু, শ্বামীগী ব্রাবেপকী মতুং ইন্না লেপ্পখিবনি।

সুজাতা : শোয়দ্রবা নৎত্রা ? পাখৎকনু। ঐ যাওগনি হাযবিদনা ।

তুলি : (*কন্তক হায়বকই*) তোনিগী মব্দপ মপাংশিংদা নীংথিনা তৌদৌনিকো ইমা।

সুজাতা : (*ইঙ্গিত্তু খঙলদুনা তপ্না হংলকই*) সবোজ পালবু নঙনা বার্ত্তন তৌখিব্রা ?

তুলি : হোয। মহাক লাক্কদ্রা হাযবদি খঙদে।

সুজাতা : সবোজ পাল!

*সুজাতা মমীৎ উইশিল্লি। ফম্বাক্কী মনীংদা ংল্লিবা ফিজংদা মমি তাবকই। "সবোজ পাল পুলিসকী ঈ চুপ্পা হুইবোয, নঙদদি ঙাকপীববোই" নক্সলাইদ আন্দোলনবু নমথখিবদা মতেং চাউনা পীখিবগীদমক সবোজ পালবু যাম্না থুনা প্রমোসন পীখি। ... তেপ্রা সবোজ পালগী খোঞ্জেল তাবকই।*

সবোজ পাল: (*মনুংদগী*) চত্তে, শ্রীমতি চট্টোপধ্যায, নঙগী নচানীপা দিঘাদা চৎখিদে।
ঐ খঙই, ঐগীসু ইমা অমা লৈ।
ফংলোই, শ্রীচট্টোপধ্যায, চেশিংদুদা কবিমত্তা ফংলোই।
যাবোই, যূমসিদা ঐখোযনা থিগনি।
গণতন্ত্রগী হকচাংদা কেন্সবগুম্বা অমা চাউখৎলক্লে!

*মসি পূম্নমকসি সুজাতাগী ব্রাখন্দা লাকই। তুলিদি মসিগী মবমদা কবিসু ফাওদে। মহাক্তি পীশুম শুক্কোক্কুনা কবিগুম্বা খবা খৌবাংনা ঙাইবি। সুজাতানা মমীৎ পাঙথোবকই।*

তুলি : অদুগুম্বা অমা থোবক্লবদি, মদু কুপশিনখিনবা হোৎনবা হাযবসিদি মশানা তাবনি।

সুজাতা : অদুবু অদুক থুনা ? হকচাংদু আইদেন্টিফাই তৌদ্রিঙৈগী মমাঙদফাও ? পাউদু টেলিফোন্দা মপা অমনা ফংলবা, অদুগা মদু যেংলুনবা চৎপগী ব্রাখল ফাওবা খন্দ্রবা ? মহাক্লা খনখিবা হাযববু মহাক্কী কাবদু কান্টাপুকুবদা চত্তবা যাগদ্রা হাযবা অদুতনি।

তুলি : মদুদি মশানা তাবনি।

সুজাতা . ব্রাতিসি নখোযগী নফমদদি মতম কুইনগী মমাঙদা শিখ্রবনিনে, মসি নৎত্রা ?

তুলি ব্রাতিসি নহাক্লা মতম পম্নমক্তা ..জেৎনা কোনশিন্দুনা থম্লি . হৌজিক ফাওবা . . ।

সুজাতা তুমিন্না লৈথু, তুলি।

*তুলিনা মাগী কপ্তু চামচনা মখোল থোক্লা ওৎলি। সুজাতানা মঙোন্দা যেংদুনা লৈ। মহাক্কী ব্রাখলদু তেপ্তুদা থম্মী।*

সুজাতা : (*মনুংদগী*) মখোযনা ঐহাকপুসু ব্রাতিগা লোযননা অতোপ্পা কেম্প অমদা থম্মীবে। ব্রাতিনা কবিগুম্বা জ্যোতিগুম তৌবম্লবা, নৎত্রগা নীপাগী মপুবোইবা অমিৎকুম্না যূ ঙাওবা ওইবম্লবা, নৎত্রগা তোনিগুম্না নমথাক হৈবা ওইবম্লবা, নৎত্রগা নপাগুম্না তাইপিষ্টশিংগী মতুং কোযইন ইন্নবম্লবা, মহাক মখোযগী কেম্পকী মনুং চল্লমগদবনি।

সুজাতা (*হৌগত্তুনা*) তুলি, নপূক্সিদা নহাক নুংঙাই যাইফগনি।

## মরিশুবা

*অমম্বা ফম্বাক্তুদা ফিজং হাইগৎলকই। সুজাতাগী খোঞ্জেলদু তেপ্তা তাই।*

সুজাতা : (*মনুংদগী*) নুমিৎ যুংবা মতুংদা ঐহাক সোমু মমাগী মনাক্তা চৎলুই। হৌজিক্তি কোলোনী অদু মীশিংনা কোযবা যাবে। মফমদুদা যৈখায থিঙ্গাইবা লৈত্রে, কিহন খোৎহনবা তৌদ্রে, শাইবেন মখোলসু তাদ্রে, নোংমৈ মখোলসু তাদ্রে, খোন কনবা নহাবোলশিং লৈত্রে- কবিগুম্বা অমত্তা লৈত্রে। (*ঙায়হাক লেপ্লগা*) সোমুগী মমাগী মনাক্তা চৎলুবদু মদুনা অনীবকশুবনি। (*ঙায়হাক লেপ্লগা*) ঐনা ব্রাতিবু নীংথিনা খঙখিদে, সোমুগী মমানা মহাকপু হেন্না খঙই। ঐনা মাগীদা কোযকুবদুদা, ঐনা ব্রাতিবু খঙলকই।

*ফম্বাক্কী শরুক অমা মৈ থাঙ্গৎলকই। সোমুগী মমা অমসুং সুজাতা মমায মমায ওনশিন্নদুনা ফম্মী।*

সোমু মমা: ইচানুপীনা ঐঙোন্দা হায 'কপকনু। মাবু (*সোমু*) অমুক হন্না লাকখিগদ্রা ?' ইচানুপীনদি হায 'নঙ যাম্না ফবি। পার্থাগী মমাগী খল্লু'। ইচে, নচানীপাবু মহাক্না অশিবগী খযাত্তা তাহনখিবনি। পার্থাগী মনাওনীপাদু ময়ূমদা হল্লকপা ঙমদ্রে। মহাক্না ময়ূমদা হল্লক্লবদি, মখোযনা মহাকপু হাৎখিগনি।

সুজাতা : হৌজিক ফাওবা ?

সোমু মমা : হৌজিক ফাওবনি। নহাবোল, মযূম লৈতবা লিশিংদা লৈবি। কোলোনীসিদগী মখোযগী ইমুং মনুং মৃৎখ্রে। মখোয়গী খনবদা থম্মোয অসি কাযববনি। ঐ মখা তানা খনবা ঙমদ্রে।

সুজাতা : হৌজিক ফাওবা মপুং ফানা ইবাংদু নেমথদ্রিবা ?

সোমু মমা : নেমথবা হাযবা ইচে ? মমাগী থম্মোযদু মৈদা থল্লগা, কবম হাযনা নেমথগদৌবিবা ? ঐগী ইচানুপীসু মৈ চাক্লিবনি। মহাক্লা ট্যুসন তৌদুনা, শেল তান্দুনা ইমা ইচা অনী থাকপা হাযবসি অবাযবা নত্তে। ঐনা মঙোন্দা কবি হাযগদৌবিবনো? ঐখোযনা সোমুদা থাজবা পূম্বা থমখিবনা মবম ওইবগা ইচানুপীগী মহৈ তম্বদা ঐখোযনা যেংশিনবা ঙমখিদে। অদুগা সোমুনা ঐখোয পূম্নমকপু থাদোক্লুনা থল্লক্লে। সমুদ্রদা লংথবিবক্লে ! মদু খল্লুবদা ... (*মহাক মপি তানা কপ্লকই*)।

সুজাতা : (*খোঞ্জেল নেম্না*) কপকনু।

সোমু মমা : মদুনি মখোযনা ঐঙোন্দা হাযবিবা। কপকনু ইমা। মদু ঐনা কাউথোকপা খক ঙমদে।

সুজাতা : ঐ খঙই।

সোমু মমা : নচানীপাদু, ইচে, মহাক্কী মপুন্সিদু কখোকখ্রে। সোমু অমসুং মহাক্কী কাঙবুবু ব্রার্নিং তৌনবা মহাক লাকখিবনি। কোলোনীসিদা মখোয মবি লৈবে হাযবদু মখোযগী যেক্লবশিংনা পাউ ফংখি। অকিবসিমসু ফাওখি মদুদি মখোয নুমিত্তুমা লেনবা ঙম্নবোই। ব্রাতিনা লাক্লুনা হংলৈ সোমু কদাযদা লৈ মাসিমা ? ঐনসু হংখি , কবিগীনো ? মহাক্লা

খুন্নকই সোমুদা পাউ অমা পীগদবা লৈ, ঐ হৌজিকমক চৎলদৌবনি।

সুজাতা : মদু নুমিদাংৱাইবন্না ?

সোমু মমা: মান্নি, ঐ শন্ধ্যাগী থাউমৈ চুখৎপদা ঙাযবি। ঐনা মঙোন্দা হাযখি, বিজিৎ অমদি খোঙবুদু কৌনবা সোমুদু মপাল্লোমদা চৎখি। মখোয় পূম্নমক ঙসি অহিংসিদি মফমসিদা চাক চাগনি, অদুগা ঐনা মখোয়গীদমক তল হৌবিখি। ঐনা মহাক্না ৱাবী শান্নবিঙে মতমদুদা মখোয পূম্নমক লাকমিন্নে। মখোযনা ব্রাতিদা ৱাফম খবা হাযখি। অদুদগী ব্রাতিনা হংলকখি, হৌজিক ঐ চৎপা যাবব্রা?

সুজাতা . (*অহানবা ওইনা ৱা পূম্নমকসি তাশিল্লগা*) অদুদগীদি ?

সোমু মমা· সোমুনা হংঙি, কবিগীনো ? নঙবু হাৎহল্লগা শিবগে হাযব্রা? মফমসিদা অহিং লেনখ্রো। মদুদা ঐনসু মতেং পাংশিল্লি, চৎখিনু, ইবুংঙো, অহিংসিমদি লেনখ্রো। লৈকাযসিগী নহাবোলশিং ফাওবা মখোযদুনা হাৎলিবনি, নঙগুম্বা লম্নানবা মীতোপ অমদি মখোযগী তার্গেট শুকশোয শোযদনা ওইগনি। কনানা খঙবা ইচে ? অহিংদুদা মাবু চৎহল্লম্লবদি, মহাক অশিবগী খাযাৎতা তাবমদবসু। (*সুজাতানা যানিংদবা মওংদা মকোক হাই*) নুমিদাংদু মপূং ফানা মখোয লৈবমদ্রে। ঐগী মীৎমাঙমক্তদনি, কিন্থবক্লবা যূমসিগী মচেৎ মচেৎ শেগায়ববা মোম্পাকসিগী মথক্তা সোমু, বিজিৎ, পার্থা অমসুং ব্রাতিনা ওন-থোয়দুনা ৱাবী শান্নখিবা, হবাও- তযাম্মা নোকমিন্নবম্বা অদু!

সুজাতা : অতোপ্পা নীপামচা ? লালতুদি ?

সোমু মমা : মখোয়না মাবু ময়ূমদগী চিংথোকখি।

সুজাতা : (*কাদুবু নুংশিনা কোযনা যেংলগা*) কাসিমক্তদবা ?

সোমু মমা : কাসিখক্তনি ঐখোযগী লৈজবিবা, ইচে। সোমুগী মপানা মহাক্কী লৈজবা পূম্বা কাসি শাবদা শীজিন্নখিবনি ! মহাক লাযববা দুকান্দাব অমনি, মহাক্কী সেভিং অমত্তা লৈবমদে। মপূস্নি চুপ্পা অশোনবা মী ওইখি, লৌনম নমথাক হাযবসি মশক খঙখিদে। নুমিত্তু ঐখোয অনীমক অথেংবা অহিং ফাওবা তুল্লমদে। নুমিৎ থোক্ত্রিঙৈদা ঐখোযনা হৌদোকই। মখোযসু তুল্লমদ্রে। ব্রাতিনা পেন্না নোকপদুদি ! ইচে, নঙগী ব্রাতিনা নোকপদু হৌজিক ফাওবা নাকোংসিদা তাবি।

সুজাতা · ব্রাতিবু সিদা যাম্না তোযনা লাকখিব্রনে ?

সোমু মমা · ও, যাম্না তোযখ্রজাৎনি! মহাক লাকপগা হেক কৌবক্কনি, মাসিমা, চা কপ অমত্তা থক্কে, ঈশিং গ্লাস অমত্তা থক্কে। নুংশিখ্রবা মব্রাহৈনি। ঐগী সোমুদি শাথি- মশাগী মথৌ থওইদবশিংদুবুনা ইস্থোকই, তোঙান তাহল্লি। অসুম তৌদুনা মহাক শাথীবা মতৌসি শাযোল্লকখি।

সুজাতা : অতৈ নহাবোলশিংদুবু মফম অসিব্রাযদগীবা ?

সোমু মমা · মখোয পূম্বা কোলোনীসিদগীনি, শ্বাইদগী নৎত্রগা অশ্বাইদগী। লালতুদি মখোয পূম্নমক্তগী খ্বাইদগী ফবনি। মখোয পূম্ববু লম্বী অসিদা পূশিনখিবসি লালতুননি, অদুগা মহাক মশাসু লম্বীসগীদমক মথব্রায কখোকখি।

সুজাতা : ঐদি মখোযবু অমুক্তসু উখিদ্রি। (*ঙাযহাক লেপ্লগা*) ব্রাতিনা মখোযবু যূমদা অমুক্তা পুবকখিদে। (*ঙাযহাক লেপ্লগা*) ঐসু যূমদা অযাম্বা মতমদা লৈতে।

সোমু মমা : (*নিংশা মপী হোল্লদুনা*) নঙদি থবক তৌবিনি (*ওফিস কাবী*), নুংঙাই যাইফবা ইমুংগী মীনি, ঐনা ঙক্লিবদি ব্রাতিনা কবিগী অসিগুম্বা লম্বী অসি খল্লুবিবনো অসিনি ! নহাকপু খঙহৌদব্রা নচানীপাদু কদায যৌশিনখ্রে হাযবদু ?

সুজাতা . খঙখিদে (*হৌখিববু নীংশিংদুনা*) ঐ খঙখিদে। নুমিৎচুপ্পদুমা মহাক যূমদা লেঙদনা লৈখি। ঐনা কোন্নদা খঙলকপনি মহাক নুমিৎচুপ্পদুমা টেলিফোন তৌবকপা ঙাইবম্বনি। সোমু অমসুং মহাক্কী কাঙবুনা মখোযগী কোলোনীদা হল্লক্কনি হাযবসি মহাক্লা খঙখি। অদুগা, মখোযনা হল্লকপা মীৎকুপ্পু খুদোংথিবা থোক্কনি হাযসিমসু মহাক্লা খঙখি। পাউদু তম্মুনবা অনিন্দযাবু মখোযগী মনাক্তা থাখি। অনিন্দযানা সোমু অমসুং মহাক্কী কাঙবুদা মখোয কোলোনীদা হল্লক্কনু হাযনা ৱার্নিং তৌবম্লগা হল্লক্তুনা ব্রাতিদা বিপোর্টি তৌবগনি হাযনা খনখিবনি।

সোমু মমা : অনিন্দযাবো ? মহাক্তি সোমুদা পাউ কবিসু পীবমদেনা।

সুজাতা · পীবমদে হাযবা। অনিন্দযানা সোমুদা কবিসু হাযখিদবা ? অনিন্দযানা অনকপা অশুৱাযদা লাক্লম্লগা অতোপ্পা মীওইশিং অদুদা সোমু অমসুং মহাক্কী কাঙবু অনকপা অদুৱাইদা হল্লকখ্রে হাযনা পাউ তমখি হাযবসি ব্রাতিনা খঙখিদে। (*নুংঙাইতনা*) ঐনা কাইনথংদা খঙলকপনি, অনিন্দযানা পাউদু পীখ্রে অদুগা মখোযনা অহিং অদুমক্তদা থবক্তু পাঙথোক্লবা পোবম যাৎখি, নোংঙানবা ঙাইঙমখিদে ... । অনিন্দযানা পুলিস ষ্টেসন্দসু পাউ পীখি, মদুদি পুলিসনা খূৎ থিংজিল্লক্তনবা।

সোমু মমা : অনিন্দযানবো ? অ- নিন- দযা- নবো ? মহাক্তি মফমসিদা কযাবক হন্না লাকখ্রবনি, মফমসিদা ফমখিবনি, সোমুগসু যাম্না চান্নবনি ...।

সুজাতা : ব্রাতিদি ঈং তপচবনি, মহাক্তি খুদিংমকসে কণ্ট্রোল তৌবে হাযবগী ব্রাফমদা লৈবনি। নুমিদাংব্রাইবমদা টেলিফোন লাক্লবা মতমদুতদা খুদোংথিবা অমা লৈবে হাযবসি মহাক্লা খঙলকখিবনি। সোমু অমসুং মহাক্কী কাঙবুদু অনকপা অশ্বাইদা হল্লকখি অদুবু মখোযদা ব্রার্নিংদি তৌখিদে।

সোমু মমা ফোন তৌবকখিবদু কনাননো ?

সুজাতা : ঐ খঙদে। টেলিফোন বিং লাকপা মতমদুদা ... (*মহাক লেপখৎলকই, ফম্নাক্কী অতোপ্পা নাকল অমবোমদা চৎলি*) ঐ যূমদা লৈ। ব্রাতিগা ইবানি লূড়ো শান্নদুনা লৈখি।

# মঙাশুবা

*সুজাতানা মনুংদা চঙখিদ্রিঙৈদা ফম্বাক্তু মৈ মমখি। সুজাতা অমুক ফম্বাক্কী অতোপ্পা নাকল্লোমদা লাকপদা মৈ ঙাল্লকই। মখুত্তা লূডো বোর্ড অমা অমসুং ফক অমা পাযদুনা ব্রাতি চঙলকই। মখোযনা ফক্তু থাই অদুগা মথক্তা ফমদুনা শান্নবা হৌই। সুজাতাগী মখুৎ ওযদু ব্রাতিগী মখুউদা থম্মী।*

ব্রাতি    পো অমা হাৎলে। লৌথোকখ্রো।

সুজাতা : অমুক্কসু নঙনা হাৎলবা ?

ব্রাতি : চাং মান্নবিবা মশান্ননি। নাম্থোকহনবা যাবা নত্তে।

সুজাতা : নঙদি যাম্না তমথিদনা।

ব্রাতি : নহাক্তি ঐগী হাৎত্রনে ?

সুজাতা . (*মমীত্তু বোর্ডতা যেংলদুনা*) ব্রাতি, নন্দিনী হাযবিসি কনানো?

ব্রাতি : (*ঙক্লা, চেকশিন্না মোমোন নোক্তুনা*) কবিগীনো ?

সুজাতা . ঐঙোন্দা হাযদোক্লবোইদ্রা ?

ব্রাতি : লৈশাবীনিদা।

সুজাতা . নোংমতা, ঐঙোন্দা মশক অমুক্তা যেংহনগেবা ?

ব্রাতি . মাদি যাম্না চমজাৎনি।

সুজাতা : অদু ওইবগা কৈদৌবগে ? নঙনা মাবু পান্নবদি, ঐনসু মাবু পামগনিদা।

ব্রাতি : ( *ইখঙখঙহৌদনা, ইতোপ তোপ্লা খোজ্রেলদা* ) ইমা নঙ খঙব্রা ঐখোযগী বোসতু ওফিস কূম্লক্লগা নুমিদাংব্রাইবমদা কদায কদাযদা চৎলি হাযবা ?

*সুজাতানা খংপ্রেক খংনা ব্রাতিদা ওনশিনখি। সুজাতা ঙক্লি, তেপ্পুগী মখোল তাই।*

সুজাতা ( *মনংদগী তেপ্লা* ) ব্রাতিনা তাইপিষ্ট নুপীদুবু খঙলবা জংলা ?

ব্রাতি ( *লেককনা* ) ইমা, নঙগীদমক পোৎলুম যাম্না পুবা তাবে, পুবোইরে ?

সুজাতা পুবোই, ব্রাতি। নঙগীদমক পোৎলুম পুবা ? পুবোই, পুবোই।

ব্রাতি ঐগী মবমদা মখোযনা নঙোন্দা ঙাংদ্রনে ?

সুজাতা · ঙাংজসনু মব্রা লৌদে।

ব্রাতি ( *ঈং তপ্লা মথরায যাওশিন্না* ) নহাক্লা মদু খাঙদুনা লৈবিদো কবিগীনো, ইমা ?

সুজাতা অমুক্তি থম্মোযসে যাম্না শোকখ্রে, অদুদগীদি কবিসু তৌখিদ্রে। নঙনা হেক লাকপদগীদি কবিসু তৌখিদ্রে, নঙ মফমসিদা লৈববনিনা।

ব্রাতি . ঐনা মফমসিদা লৈববনিনা।

সুজাতা ফবে, মদু হৌখ্রবনি। হাযযু, হযেং কবি মথেল চাগেগে ?

ব্রাতি কবিগীনো ? হযেংবু কবি মকওইবা লৈবগে ?

সুজাতা : নঙবু নীংশিংদ্রবো, হযেংদি নঙগী বার্থ ডেনি ? (*মোমোন নোকই*) নোংযায় মতুং পুংখায় তাবে, তাবিখতদি হযেং ওইববনি। কযাদা ঙক্লিবা চৎনবীনো, তশেংনমক ! নঙসে তাং ১৬ তা পোকপনি, অদুবু নোংযায হেক মতুংদা পোকই হাযদুনা, নপোক নুমিত্তু তাং ১৭ ওইখিবনি !

ব্রাতি : নঙদি বার্থ ডে- শিং কমদৌনা নীংশিংলিবা ?

সুজাতা : নীংশিংবদা কবিনা মতেং পাংই খঙব্রা ? নঙ পোকপদা ঐসে অশিবগা পাঙ্খক ওইখিবনি।

ব্রাতি : (*মোমোন নোক্তুনা*) নবাইবক ফৈদা, শিহৌদবা !

*মখোয অমগা অমগা যেংনৈ। সুজাতাগী মবাইবক্তা তাবা শন্নাংশিংদু ব্রাতিনা হাইদোকপী।*

সুজাতা : ঐ হেমগী মনাক্তা চত্তুনা শঙ্গোম হাযকখিগে।

ব্রাতি কবিগীনো ?

সুজাতা · হযেংগীদমক নঙগী পাযেশ (শঙ্গোম খীব মখল অমা) খবা শেন্নীগে তৌবনিদা।

ব্রাতি · অদুদগী কবি ?

সুজাতা : হেমদা সাডি অমা পীবিগনি।

ব্রাতি · হেমগী বার্থ ডেসু নত্তনা !

সুজাতা : ঐনা মঙোন্দা কবিনো খবা পীগনি। নঙবু মানা চাউনবা শেন্নবকপনি ! অদুগা .... ঐনা মঙোন্দা কবিগুম্বা খবা পীববদি নঙসু মথূম মবাং হৌগনি।

ব্রাতি : মদুদি বৌদি ( *ইতৈমা* ) ওইবগী তৌবনি !

সুজাতা : নঙোন্দদি ঐনা কবিমত্তা পীবোই। বিনিনা নঙোন্দা অহনবা শাল অমা পীগনি। নঙদি মমাঙতৈগী ঐগী মন্নবা শেগাযববা শাল অদুতা অসুক কুইবসি শীজিন্নদুনা লৈবে। শুংথা থাদোক্তবমখৈ, শুদোক্লবা ফাওবা পীবক্তে !

ব্রাতি ( *শালদু মশাদা কোযনা ইনশিল্লদুনা* ) মসি ইনবা কযাম নুংঙাই হাযবা বৌদিদি কবম্না খঙদৌবিবা !

সুজাতা . মিনিট অমৈ মনুংদা [illegible] রক্কে। তেমদা চত্নুনা শঙ্গোমগী বা হাযর্কা [illegible] ।

*টিলিফোন লাকপদা ব্রাতিনা চোংখত্তুনা টেলিফোন মনাক্তা চেনশিল্লি। অদুগা বিসিভব অদু পাযখৎলি। সুজাতা থোকখি।*

ব্রাতি হোয, ব্রাতিনি ঙাংলিবসি নঙনা হাযবিবদু কবিনো ? সোমু অমসুং মহাক্কী কাঙবু অদু চৎখ্রে হাযবা ? অনিন্দযা ?
. ও কে।

*মহাক্না বিসিভবদু থম্মী। খুদুম চেৎনা তাশিল্লি অদুগা অমুক থাদোকই। পীশুম শুপকৎলকই, মকোক হাই। মহাক মপান থোক্লা মপূক্লিং লাংতক্লবে। শালদু লংথোকই। মশাগী ফুবিংখাউদগী চেজেৎ অমা লৌথোক্লগা মৈখেৎ খেত্তুনা উৎ তাবমখৈ মৈ থাদোকই অদুগা মখোঙনা উফুল তাবমখৈ নৈখায। ফুবিংখাউদগী কোইন খবা লৌথোক্তুনা মশীং থি। সুজাতা চঙলকই।*

সুজাতা . কবি তৌববগেনে ?

ব্রাতি : ঐ থবক অমা চৎলুগে। শেল খবা পীগেবা ?

সুজাতা : কদায চত্তৌবিনো ? (*মথৱায নুংঙাইতনা*) নঙবু মপান থোক্লবোই হাযনা ঐঙোন্দা হায়দ্রো ? যূমদা লেঙদনা লৈবনি হাযবদাইনে।

ব্রাতি : অকবা অমা লৈবে ... অথুবনি ...। (*মাগী ফুবিৎ খাউদগী চে মচেৎ অমা অমুক লৌথোবকই, মদুদা যেংই অদুগা অমুক হন্না ফুবিৎ খাউদা হাপচিনখি।*)

সুজাতা : (*ফক্তগী বেগ লৌখৎলগা*) নঙগী শেল সিদা লৈবেসে। (*শেলদু পী*) কবম কান্দা হল্লকদৌবিবনো ?

ব্রাতি : ঐ হল্লক্কনি ... হল্লক্কনি। (*সুজাতাদা খঙহৌদনা যেংলকই। ইপা পাখৎপা অমদি অকবা অমা খনবা সুজাতানা উই। কবিগীনো ব্রাতিনা ইহৈ হৈনদবা মওং অমদা লৈবিবা? ব্রাতিনা শকফম খঙহন হঞ্জিন্দুনা মোমোন নোকই, অদুগা মহাক্কী খুৎ অদু সুজাতাগী মবেংবান্দা থমদুনা*) ঐ আলিপুবদা চৎকনি, ইমা। থেংলক্লবদি, ঐ বোনুগী যূমদা লেক্লক্কনি।

সুজাতা : (*শকফম হন্দোক্লুনা*) খুদোংথিনিংঙাইদি লৈবোইদনা !

ব্রাতি : কবিনো নঙনা খুদোংথিবা হায়বিবদুবো ?

সুজাতা : নঙনা কবম হাযনা খঙদৌবিনো ? খবব পানবা মতম ফাওবা নঙোন্দা লৈত্রবদা। কলিকাতাদা কবি কবি থোক্লি হাযবদু ! লৈকায অমগী নহাশিংবু অতোপ্পা লৈকায অমদা হৌজিক মতমসি চঙহন্দে। মদুম তৌকববদি মখোয়বু হাত্তোকই। বোনুগী কৈবোয লৈকাযদি সেব ওইবনি।

ব্রাতি : কবিসু পাখৎকনু, ঐ থেঙলবসু।

সুজাতা : ঐনা পাখৎপা পাখত্তববু নওনা মব্রা লৈব্রা ?

ব্রাতি : ঐ চৎলে।

সুজাতা : থোঙদু লোনশিন্নবা হেমদা হাযবম্মু।

ব্রাতি : হাযবমগে।

*সুজাতানা ফক অমসুং লুডো বোর্ড লৌখৎপা অদু ব্রাতিনা ঙাযহাক যেংদুনা লৈ। সুজাতানা ইখঙ- খঙহৌদনা যেংখৎলকই। ব্রাতিনা মোমোন নোক্লুনা থোকখি। মহাক্না থোকখিবা অদু সুজাতানা পীশুম শুক্না নুংঙাইতনা যেংদুনা লৈহৌই। পোৎচৈশিং অদু পাযদুনা সুজাতানা মতেক খবা ইন্নে। মহাক্না লেপ্লিবা মফমদু মৈ মমখি, মৈ অমুক ঙাল্লকপদা মখুত্তা বেগ পাযদুনা চঙলকই, অদুগা এক্টিং তৌফম অদোমদা চঙলকই। মফমদুদা সোমু মমাগা সুজাতাগা মমায ওনশিন্নদুনা ফম্মী।*

# তরুকশুবা

সোমু মমা : মদুনি। নঙনা খঙলোই। কনামত্তনা মশামক্কী মচানীপাবু অশিবগী খযাত্তা থাজিল্লোই।

সুজাতা অহিংদুদা কবি থোকখিব্রা ?

সোমু মমা . (*হৌখিবা নীংশিংদুনা, মাঙ তাক্লিংঙাই ওইবা অহিংদুগী অকি তুজুংবশিং অদু লাকশিন্দুনা*) নোংযায যৌগদবা খজিক্তা ঙাযববা মতম্নি। মঙলাক্লবগুম্বনি . .. মঙলাক্ল বগুম্বা অমনি। নোংযায যৌদ্রি। মখোযনা হান্ননা ঐখোযগী যূম কোযশিন্দুনা লৈবল্লে।

# তরেৎশুবা

*ফম্বাক্কী অমম্বা নাকলনি। অতোপ্পা নাকলদা মশেক মঙালশিংনা তেঙ্কৈগী লানগুম্না যৈখাযনবি। সুজাতা থোকখি। সোমুগী মপা, ব্রাতি, বিজিৎ, পার্থা অমসুং সোমু চঙলকই। ফম্বাক পুম্বদা হৌজিক্কি অঙাংবা মঙালনা কুপখ্রে। ব্রাতি অমসুং মহাক্কী কাঙবুনা ফম্বাক্কী নাকল অমদা লৈ। মীযাম চঙনবকই অতোপ্পা নাকল অমদগী। কাঙবুশিং অদুনা অমনা অমগী মাঙলোমদা চৎখৎনকা* লোযননা, যুমদুগী অহাঙবা মফমশিং লৌশিন্নবগী মওংদা শান্নে।

মোব ( *মীযাম* ) . মপান থোবকউ সোমু।

সোমু মপা :   আতল বাবুগী খোঞ্জেল নত্রো মসিবো ?

সোমু   :   ( *শুকথনা* ) মান্নি, মদন মুক্তিযাবসু যাওবি।

মোব   :   থোবকউ, সোমু। থোবক্তুবদি ঐখোযনা যুমসি লোইনা মৈ থাদোক্লগনি। থোবকউ বিজিৎ, থোবকউ পার্থা, নৎত্রবদি যুমসি লোইনমক তুম্না মৈ থাবগনি।

সোমু   :   ( *ব্রাতি অমসুং অতৈদা* ) ঐ হান্না মপান থোকখ্রগে। মখোযনা ঐবু হান্না ফংলবদি, তাঞ্জা অমা লৌ অদুগা চেম্থোকখিনবা হোৎনৌ।

সোমু মপা :   ( *খোঞ্জেল নীক্লা* ) নখোয মনীংথোঙলোমদা নাম্থোকখিবা য়াব্রা য়েংগে।

*(ফম্বাক্কী মনুং অমসুং মপান্দগী অপূনবা খোল্লাউদা লাউবকই, তেপ্পা)*

মোব . মপান থোবকউ। মপান থোবকউ।

সোমু মপা: কান্নববোই, ইচাশা। মাযকৈ পূন্বা লাঙ্গোয চনখ্রে।

*সোমু মমানা মঙোন্দা যেংই - লোহ্বোক্কবা অমগুম, কিইল্লবা শাগুম। সাডি মচী অমা মযানা চীক্লদুনা, সিন অদুমা তূমিন্না হিক হিক কপই।*

মোব মপান থোবকউ। মপান খো'বকউ।

ব্রাতি . নঙ নতোমতা থোকপগী কান্নবা লৈত্রে। নহোক্লবা পাম্বৈসু লৈত্রে। ঐখোয পূন্না থোকখ্রসি।

বিজিৎ . (*তূমিন্না*) ঐখোয থুনা থোকখ্রসি ব্রাতি। মদু নৎত্রবদি মখোযনা যূমসি মৈ থাখ্রগনি। মদন মুক্তিযাবনা মমাঙদা যূম কযা অমা মৈ থাখ্রবনি।

মোব : মপান থোবকউ। নখোযবু শিবা কিদে হাযবদাযনে। অদুগা হূই মকোলদুদা লোত্তুনা কবিগী লৈবিবনো ?

ব্রাতি *(থোঙলোমদা নকশিল্লদুনা, মখোযগী খোঞ্জেলদু নমহত্তুনা লাউবকই)* লাউগনু। ঙাইহাক্তং ঙাইখো। ঐখোয মপান্দা থোবক্কনি।

*(কলকাতাগী লোন, সুদধ বাঙ্গালী ঙাংবসি ব্রাতিদনি অতৈদি ঢাকাগী খোল্লৈদা ঙাংবা ঙাক্কনি। খেন্নবা অদু মযেক শেংনা খঙই।)*

মোব : *(শাদানবনা তান্নবকপা শা অমা লাংদা থুবে খন্দুনা হূইশেল খোংদুনা কাঙবুদুনা হবাও তযাম্বা ফোঙদোকই)*

চাউখত্তবশিং অসিনা অনৌবা অমসু ফংলেদনা। মপান থোবকউ, কলকাতা মচা!

সোমু মমা: (*মখোল থোক্লা উপায় লৈতনা কপ্পুনা*) থোকখিনু সোমু উ- উ- উ. ।

মোব · (*মতৌ তমদুনা*) থোকখিনু সোমু - উ - উ - উ।

সোমু . (*শীংনবা অমগা লোযননা মমাদা খংহায হাযবকই*) কপকনু ইমা! বাবা ইমাসি চেৎনা কোনশিনবিয়ু। (*সোমুগী মপানা মহাক্কী নুপীবু কোনশিন্নবা হোৎনৈ*) মাবু থাদোকখিনু। ঐখোয থোক্লসি, ·ংত্রবদি মখোযনা যূমসি মৈ থাদে'ক'খবা তাবে।

*সোমুগী মমাদু হৌজিক উপায় লৈত্রে, মপুবোইবগী মথানুংদা লৈবে। বিজিৎনা মশমশিংদু খুৎশাশিংনা শেমজিল্লি। বিজিৎ অমসুং গার্থনা শুবিশিং লৌথোক্কুনা খুৎপায চেৎনা পায। সোমু অমদি ব্রাতিদি খুৎলায পাযদে।*

সোমু (*মখুৎ হাইদুনা ওর্ডর তৌবকই*) ঐখোয চৎলসি।

*(সোমুনা থোঙ হেক হাংদোকপগা মখোয অমগা অমগা খুৎশম্নবগা "লোং লিভ ... ! লোং লিভ .. !" হাযবা শ্লোগান লাউদুনা থোকখি।)*

সোমু মপা: মযামদুনা মখোযবু লৌবূকলোমদা পুথোকখ্রে। তাও । মযামদুনা মখোযবু লৌবূকলোমদা পুথোকখ্রে। ঐ পুলিস ষ্টেসন্দা চৎকে। মখোয ... পুলিস লাকপা ফত্তবদং হিংলবদি। মখোয শোযদনা লাক্কনি ঐ থাজে।

*মহাক মপান থোকখি। ফম্বাক্তু মমখি। অমুক হন্না মৈ ঙাল্লকপদা সুজাতা অমসুং সোমু মমা মমায ওনশিন্নদুনা ফম্লি।*

# নিপানগুবা

সোমু মমা : (*মকোক হাই*) সোমুগী মপানা লম্বীদা চেনখ্রে। পুলিসতা মহাক্না অসুকী মতীক থাজে। অদুবু মখোয়না মহাক্কী কমপ্লেন্ট অদু তাবিখিদে। মখোয়না কবিমত্তা তৌখিদে। মখোয়না তৌখিবা হায়ববু পূন্নমক লোইখ্রবা মতুংদা অশিবা হকচাংশিংদু *লৌখৎনবা মখোয়গী ভান অদুতমক থাবকখি।* পূন্নমক লোইখ্রবা মতুংদা বাজাবদা লৈবা পুলিস হেড ক্বাটবদসু চৎলূই। (*অমুক হন্না মহাক্কী মকোক হাই*) মখোয়না কবিমত্তা লৌখৎখিদে। মদুদা মহাক পুবা থাংবা ঙমদবমখৈ ৱাখি। মদুদগী মহাক হার্ট এতেক তৌদুনা শিখি। হে ঈশ্বর ! অচুম্বা ৱায়েল হায়বদুবু লৈবাকসিদা লৈবিব্রা? ঈশ্বর ইবুংঙো! অচুম্বা ৱায়েল হায়বদুবু লৈত্রব্রা? হিংলিঙৈ মতম খবদু মসিদং হঞ্জিন হঞ্জিন হংদুনা লেনখিবনি।

সুজাতা : (*মকোক হাইদুনা*) অদুনি, হৌজিক অচুম্বা ৱায়েল হায়বদু লৈত্রবনি।

সোমু মমা : নঙগীদি নচানীপা অমা লৈহৌবি। মহাকপু নথানুংদা কোঞ্জদুনা যোকপা যাবি অদুগা অৱাবা কোঙ্গায় কাউথোকপা য়াবি। (*সুজাতানা মকোক হাই*) ঐগীদি ইচানীপা লৈত্রে, মপাসু লৈখিদ্রে, অদুগা ঐনা থেঙ্গুগী পুন্সি

মহীংদা ইপুম্পিসিমা লেল্লগনি। থম্মোয়নুংসিদা মখোয অনীগী সংস্কাবগী চিতাগী মৈনা চাক্কুনা লৈহৌবগনি।

সুজাতা : ঐ খঙই।

সোমু মমা : (*কবিগুম্না অমা খঙনীং নীংশিংলক্কুনা*) ইচে, ঐ নঙোন্দা হাযদৌবা খবা লৈ।

সুজাতা . কবিনো হাযযুনে।

সোমু মমা (*কিনা*) নঙনা মফমসিদা লাকই হাযদুনা মখোযনা ইচানুপীদা কিহল্লি।

সুজাতা সোমুগী মচেমদবো ? কনানা মাবু কিহল্লিবা ?

সোমু মমা সোমু অমসুং মাগী কাঙবুবু হাৎখিবা মীহাৎপশিংদুনা। কনানা ওইনি ?

সুজাতা · মখোযদুনা ?

সোমু মমা · মখোযনা মঙোন্দা হায, মহাক্না (*ইচেনা*) কবম হাযনা নখোযগী যূমদা লাক্লিবনো ? মহাকপু চঙহনগনু। নৎত্রবদি খুদোংথিবা নংগনি।

সুজাতা নঙনা হাযবিবা ব্রাদুবু কবিনো ?

সোমু মমা . মসিনা ঐবু থম্মোয শোকহল্লি, ইচে। অদুবু ঐখোযনা মখোযবু কবিসু শাউশংহল্লোই, মফমসিদা অদুম লাকউ। সোমুগী মচেমদু স্কুল অমত্তদা থবক ফংদ্রে। মহাক মতম পূম্বদা শাউদুনতা লৈবে। ঐঙোন্দা মহাক্না শাউই, মসি পূম্নমকসি নহাক্কী নচানীপা অদুনা থোকহনবনি হাযদুনা' ইপূক থঞ্জনবা চীঞ্জাক তান্নবা থবক ফাওবা মখোযনা শূহন্দে।

সুজাতা : ঐদি ঐগী থবক অদুম চথবি।

সোমু মমা: মদু ইচেনা ইনাক কৈবাক খুনবা ওইবগী ঙশ্লিবনি। ইচেখোযগা ঐখোয়গদি চাংদম্নকবা যাবা নত্তে।

সুজাতা : (*মথৱায নুংঙাইতনা*) ফবে ! ঐ অমুক হন্না লাক্লবোই। ব্রা অমত্তংদি লৈ ...।

সোমু মমা: কবি ব্রানো, ইচে ?

সুজাতা : কৈসুবুদি নত্তেদা।

সোমু মমা: (*ব্রাখল খন্থবগা*) যাবোই, ইচে, অমুক্কা লাকখো। নঙগা ব্রাবী শান্নবগা শান্তি যাম্না ফংই।

সুজাতা : (*মকোক হাই মহাক অমুক হন্না লাক্লবোই। মীংকুপ খবা কান্নবগা খ্ৱব শাংনা হোল্লদুনা*) ব্রাতি . . ব্রাতি... ব্রাতিনা শিখিবা নুমিত্তো, মহাক্কী বার্থ ডেনী।

*সোমুগী মমানা সুজাতাগী মখূৎ পাযবী। মখোয অনী মমায ওনশিন্নবিডৈদা ফিজংদু হাইথবকই।*

# মাপলশুবা

*সুজাতাগী অৱাবা অমদি চোকথববা খোঞ্জেল তেপ রেকোর্ডতা তাবি। ফিজংদু অদুম খল্লি।*

সুজাতা : (*মনুংদগী*) অৱা মৈশা লাংমিন্নবনা সোমুগী মমা অমসুং ঐবু নকশিন্নহনখি। মতম্না অমুক ঐখোযবু লাপথোক্লকহল্লে। সোমুগী মযূমদা মহাকপু খঙনবা ঐহাক চৎখি ' মফমদুদা ঐহাক অমুক হন্না চৎলবোই। মহাকপু কদাযদা লৈবিগদবা'' ঐনা কদাযদা লৈবিবা '' (*ঙাযহাক লেপ্লগা*) নুমিৎ যুংবা মমাঙদা ঐ সোমুগী মযূমদা চৎলুবনি, মদুগী মতুংদা নুমিত্তুমক্তদা ঐ নন্দিনীগী মনাক্তা চৎখি। (*ঙাযহাক লেপ্লগা*) ব্রাতি। (*ঙাযহাক লেপ্লগা*) নুংশিবনিদা। (*ঙাযহাক লেপ্লগা*) নন্দিনী।

*ফিজংদু হাইগৎলকই, ফম্বাক্কী শরুক অমখক মৈ ঙাল্লি। নন্দিনীগা সুজাতাগা টেবল অমগী মনাক্তা ফল্লি। নন্দিনী অমুবা মচুগী আনোক অমা উপ্লি। মহাক্না ফল্লিবা ফিভম, মহাক্না ঙাংলিবা ৱাঙাং, মহাক্কী মওং মতৌ পূম্নমক অদুনা উৎলি মদুদি মহাক্না কবিগুরুনা খবা চেৎনা উৎনীংদবা, মশাবু ইফা ফাজিঞ্জবা ম ন্দু। মহাক্না ঙাংলকপা মতমদদি ৱাবী লীবা মীদৌনা মশাগী মকুমদা অমসুং মহাক্কী মীশিংগী মরমদা ঙাংদে, অতোপ্পা মীশিংগী মরমদা ঙাংবদৌনা তৌই। ব্রাতিগী মমিং পল্লকপদা খবদং মপূক্লিং নৌথবা মানবা নত্তনা নন্দিনীনা কৈদৌনুংদসু খোংনা নৌনা ঙাংদে।*

*মীংকুপ খবদংদি মখোয তুমিন্না ফমই। টেবল মথক্তা ঈশিং গ্লাস অমা লৈ। সুজাতানা বেগ তগী বেবালগাম টেব্লেট অমা পুথোক্তুনা চায অদুগা ঈশিং থকই।*

নন্দিনী : ঐখোয়বু নমথাক তৌখিবদু অনিন্দযাননি।

সুজাতা : (*ইচম চম্না*) ঐদি পূম্নমক্কু কবিমত্তা খঙদে, নন্দিনী।

নন্দিনী : নহাক্না খঙদবদুনা কবিসু হোংহল্লোই।

সুজাতা : মদু ঐ খঙই।

নন্দিনী : অদুনা ব্রাতিনা অপঙদৌনা অনিন্দযাবু থাজখি। মহাক্না অনিন্দযাবু কবিগী থাজখি হায়বা নহাক্না খঙব্রা ?

সুজাতা খঙদেবো।

নন্দিনী : নিতুনা আনিন্দযাবু পুশিল্লকখিবা অদুননি। নিতুদি এক্সন কযা অমদা যাওখ্রবনি। অদুনা নিতুবুসু হাংখিবনি। ইচম চম্বা অঙ্কনি। অনিন্দযাবু নিতুনা পুশিল্লক্লে, অদুদগী নিতু শিখ্রে, অদুদগী নিতু শিখিবা অদুমক্না মহাক্কী (*অনিন্দযাগী*) ইন্টিগ্রিটি অদুগী প্রমাণ পীজববনি। মবম অদুনা নিতুনা বিক্রুইট তৌবকপা অনিন্দযাদা থাজবা থম্বা যাই। মদুনি ঐখোয়না যেৎনবিবা অসি। ঐখোয়না কৈদৌঙৈদসু বিচাব তৌখিদে, কৈদৌনুংদা থিগৎখিদে, অদুনা ঐখোযনা খঙলমদবনি।

সুজাতা : নখোয়না খঙলমদবা অদুবু কবিনোনে ?

নন্দিনী : ঐখোয়গীগুম্না মখোযগীসু প্রোগ্রাম অমা লৈ হাযবসি ঐখোয়না খঙলমদৌবনি। ঐখোযগী পাঙথোক্কদবা থবক লৈখি। মখোযগীসু অমা লৈখি।

সুজাতা : কবি থবক্লো, নন্দিনী ? কবি প্রোগ্রাম্লো ?

নন্দিনী : অওইবমক্রি। নমথাক্কী প্রোগ্রাম অমা ।ৃ প্রোগ্রামদো মখোযগী থবক্রি।

সুজাতা : (*খঙবা ঙমদদুনা*) অদুবু কবম্না ?

নন্দিনী : শেল, থবক পীবা অমসুং শক্তিনা ঐখোযবু অর্থ থোকহন্দে। মসিগী মীহৌহনবশিং অসিনা ঐখোযগী লম্বীদা যাওবকখিবশিং অদুবু থেমখি। অদুগা কোন্নথংদদি ঐখোযদা নমথাক তৌবকখি। মদুগী মীহৌহনবশিংদু নখোযনা লাযথোক্লা লৌবোইদবনি। (*ঙাযহাক লেপ্লগা*) মদুননি, মদুননি অঙকপা অদু কৈদৌনুংদসু কোকপা ঙমদনা লৈবিবা অসি।

সুজাতা · অঙকপা, নন্দিনী ?

নন্দিনী : ঐখোযগী পার্টিদা মক্নপ ওইনা যাওবকপা মখোযশিং অদুদা ঐখোযনা ওইথোকপা যাবা থবকশিং চুম্না পীবা ঙমখিদে, অবোইবদদি ঐখোযবু নমথাক তৌবমখি। মদুননি হৌজিক ফাওবা ঙক্লিবা।

সুজাতা · (*ইপা পাখংনা মোমোন নোক্তুনা*) নখোযনা নহা ওইবিঙে!

নন্দিনী : নত্তে, নত্তে, মদু ঐখোযনা হেঞ্জিন্না ভাব শাগৎলুবদগীনি, ঐখোযগী অচুম্বগী লংলা লংজিন লৈখিদবননি। মসি মতমদুদা ঐখোযনা অচৌবা থবক পাঙথোকপা ঙমখিদবশিং অদম্বী মনুংদা অমনি।

সুজাতা : পাঙথোকপা ঙমখিদবশিং ?

নন্দিনী : পাঙথোকপা ঙমখিদবশিং, শোযখিবশিং, শেবান্নবা লম্বীদা চৎখিবশিং। হৌজিক ফাওবা ঐ ঙক্লিবনি। খৃষ্ট কুম ১৯৪৭ তগী হৌজিক ফাওবা থোকখ্রিবশিং অদু ঐখোযনা খঙনবা

কবিগী হোৎনদ্রিবনো, ১৯৭০ দদি মীওইবগী মবক্তা থাজনবা পূম্বা মাঙখ্রবনি। ঐনা ঙক্লিবদি মখোযনা ঐখোযবু নমথাক তৌদুনা ঐখোযবু হাৎকনি হাযবসি কবম্লা খঙহৌদ্রিবনো অসিনি। ঐনা ঙক্লিবদি শবৌ মীহাৎ খুদিংমক্তা মীশক অদুগী মপা, মচীন- মনাও, মবী- মতা, মহ্নপ নৎত্রগা লোযনবা অমা নক্লা চেন্নবম্বদা ঐখোযনা কবিগী থূক লাউগদৌবিবনো ? (*মোমোন নোক্তুনা*) মীশিংনা খল্লি, লৈবিবা পূম্বা ঐখোযনা তুক্কচে। (*মোমোন নোক্তুনা*) অদুবু ঐখোযনা উবিবা তুক্কচবা, যেংথিবা অসিগী মকমদা নুংশিবা, ঙক্তি লৈনা নুংশিবা পামডা লৈ হাযবদু, মীশিংনা নোংমদি খঙলক্কনি।

সুজাতা - নঙনা কবিগী ঙক্লিবনো ?

নন্দিনী ইমা নঙনা খঙলোই। (*ঙাযহাক লেপ্লগা*) হৌঙাক, ঐখোযনা হঙ্গৎনা যেংবদা, পুম্নমক অসি নমথাক মাল্লি

সুজাতা মদুম চাযনা হনগদবা নত্তে, নন্দিনী, মদুনা নঙবু ফেন্নদুনা বাতনগনি।

নন্দিনী . নমথাক্লা ব্রাই চাইখ্রে, চিংনৌ হাযনা ঐখোযবু তাকপা তম্বীবকপদি নত্তে। ঐখোযনা চিংনবা হৌবকপদা, ঐখোযগী থবক থৌবমশিং নৈনবনা ঐখোয ইশাগী খোঙফম হেন্না চেৎশিলহনবা ঙমগনি।

সুজাতা : নন্দিনী !

নন্দিনী · (*মশাগী খোঞ্জেলদা থোং নৌবা যাওবক্লে হাযবদু খঙজদনা*) তৌইগুম্বসুং ঐখোয়না ফাওখি মতম অদুদা যুগ অমদি লোইখ্রে হাযনা। ঐখোযনা খনখি, ঐখোযনা অনৌবা যুগ অমা পূবক্কনি। ঐগা (*ঙাযহাক লেপ্লগা*)

ব্রাতিগা নুংতি নুমিৎ কাংদনা কলেজ ষ্ট্রিটতগীনা ভবানিপুব ফাওবা চৎমিন্নে, ব্রাবী শান্নদুনা, ব্রাবী শান্নবখক্তনি। মতমদুদদি ব্রাবী শান্নবে, লম্বীদা যেংবে, সভা যাত্রাশিং যেংবে, মীশিংদা যেংবে, লম্বীগী ক্রোশিংদা শাৎলিবা অঙাংবা গূলাপশিংদা যেংবে, নিওন লাইটশিংগী মখাদা চৎপগী, থিযেটবদা সিনেমা যেংবে, বেডিওদা হিন্দী ঈশৈ তাবে নুংঙাইবা খক্তনি। ঐখোযনা হবাও তযাম্না নোকপা ঙম্লম্মী। (*ঙাযহাক লেপ্লগা*) হৌজিক্তি ঐহাক মীশক অদো ওইদ্রে। বৃণ অমা কৈখ্রে। ঈভাক্লা মতমদদা ওইবম্না পূম্নম ... মতম পুম্বগী ও-না লৈবোন্দ চনখ্রে।

সুজাতা মদুম্না ... নন্দিনী।

নন্দিনী নঙবে ... ঐগী ইমানে ... নখোয পূম্নমক্লা অদুম্না চপ মান্নবা হাযবি।। (*ঙাযহাক লেপ্লগা*) নখোযদি কৈদৌনুংদা খঙলোই। নখোযদি, ঐখোযনা ব্রাশকখিবগুম, মীযামগী থবক্তীদমক কৈদৌনুংদা ব্রা... কখিদ্রি।

সুজাতা হোয। ঐখোয ব্রাশকখিদ্রি।

নন্দিনী ব্রাতিনা ঐঙোন্দা হাযখি, ইমা নঙগুম্না পূকচেল শেংবা মীশক অমত্তা মহাক্লা অমুক্তা উখিদ্রি।

সুজাতা : (*যপূক্লিং নুংশিনা*) ব্রাতিনা অদুম হাযনা হাযব্রনে ?

নন্দিনী · ব্রাতিনা নঙোন্দা হাযদ্রনে ?

সুজাতা : হাযদে।

নন্দিনী : অদু ওইববসু, নহাক্কী মবমদা মহাক্লা হাযবা মওংদুনা উৎলি, নখোয যাম্না নকশিন্নে হাযবদু। (*পূমতোপ তোপ্লা খোঞ্জেলদা*) নমথাক অদু হৌজিক ফাওবা চথবি।

সুজাতা : হৌজিক ফাওবা ?

নন্দিনী : হৌজিক ফাওবনি। (*ভায়হাক লেপ্লগা*) য়াম্না কিনিংঙাইনি।

সুজাতা : নমথাকপো ?

নন্দিনী : নমথাক্লি। জেলগী ফক্লাংশিং ৱাংখৎলক্লি, অনৌবা ৱাটচ টৱাবশিং হাপকৎলক্লি, জেলদা নহাবোল কয়া হৌজিক ফাওবা লৈবি। অদুবু মখোযগী ইন্টবেস্টতা কান্নবা ফংদ্রিবা ফাওবা অমসুং কেন্দ্রগা মখোযগা লৈনবা মবী অদু ফগৎলক্ত্রিবা ফাওবা বাজনীতিগী দলশিংনা মখোযগী ফিবেপ অমত্তা লৌদ্রি। নমথাক্লি। ফৎত্রবা বিএক্সন্নবিশিংনা ঐখোযগীদমক মিনুংশি ফাওই হাযনা লাউথোকই অদুগা মীযামগী মীত্তনা ঐখোযগী ইজ্জৎ মাঙহল্লি। মীনম্বনি। ঐখোযগী ৱাখল মীৎযেং ফোঙদোকচনবা প্রেস, পাউ-চে, অনম্বা চেজায মখোযনা শীজিন্নহন্দে। অদুম ওইনমক ঐখোযগী থবক থৌবমশিংদা নুংশিবী হাযজবা জর্নেলশিংদা লৈ। মীনম্বনি। ঐখোযবু নুংশিবী হাযদুনা ইবিবিবা পূম্নমক্লা যাম্না হৈ- শিংনা, বুদ্ধি তানা ঐখোযগী থবকশিং অদুবু এডভেনচবিষ্ট বোমান্টিক্সনি হাযবা উৎনবা হোৎনৈ। মীনম্বনি। ঐখোযবু হাৎলিঙৈ মনুংদা, অইবা খুদিংমক্লা, পেবিওবিডিকেল খুদিংমক্লা বঙ্গলাদেসকীদমক কপ লাউই, নোংচুপ বঙ্গলাগীদমক্তি কবিসু হাযখিদে। অদুগা মখোয পূম্নমক অদুনা ঐখোযগী মকমদা হৌজিক্লা তেংথা নাওইনা ইবি। মীনম্বনি। অদুগা .... জেলগী মদুংদনা ...।

সুজাতা : হৌজিক ফাওবা ? (*হৌজিক ফাওবা জেল মনুংদা ওৎলিব্রা?*)

নন্দিনী : কবিগী ওৎতনি। ওৎ - *নৈবশিং অদু পাউ- চেশিংদা বিপোর্ট* তৌদ্রে হাযদুনা ওৎত্রে হাযনা নহাক্লা খনব্রা? ফাবি? ওৎলি? কাপ্পবগী মমিংদা মী হাৎলি ? চহি তবাতকুকতগীনা নিফু ফাওবদা লৈবা মীবোল তূম্না মাঙহল্লক্লি।

সুজাতা . ঐঙোন্দা ৱাবীদু লীবগনু।

নান্দিনী . ঐনা ব্রাতিবু নুংশিখি।

সুজাতা : ঐ খঙই। (*ঙাযহাক লেপ্লগা*) নঙনা মদু হাযবকপদা ইপূক্লিংসি ইহাম হাম্নই, নন্দিনী। ব্রাতিদু ঐগী পুন্সিগী থৱাযনিনে, অদুম ওইনমক মঃখী মবমদা খজিক্তনি ঐহাক্লা খঙলিবা।

নন্দিনী . খঙনববু হোংনবিখিব্রা ?

সুজাতা নঙনা হোৎনবিবা মবি অদুদবা ?

নন্দিনী : মসি যাম্না খুদোংথিনিংঙাইহনি, মাগী মাগী মবী মতা নৎত্রগা ঈগী মবীদগী নম্থোবকপা মতমসি। হৌজিক্কী মতমদদি পূম্নমকসি অমনা অমদা মীতোপ ওইনবে। মসিগী ফিভম অসি অসুম চত্থহনবা হাযবসি সমাজদা লঙজবা অমনি। হৌজিক মচাবু মশক খঙবা হাযবসি তঙাইফদ্রবনি।

সুজাতা : মদুবু মমা মপাশিংখক্তগীবনে ?

নন্দিনী : (*মোমোন নোক্লুনা*) নহাক্লা হান্নদা হোৎনৌ। নৌবিবা মীবোলনা তুং ইল্লক্লবা। ফিদম অমা শেমগৎপা হাযবসি নঙগী তৌফম থোকপা নৎত্রা ? মমা মচাগী লৈনবা মবীনা যূম্ফম ওইবগা নহাক্লা থাজবা অদুখক হাযবিবা কবিগীনো? নঙগী পূকচেল শেংবা অদুনা যূম্ফম ওইবগা মদু ফংনবা হোৎনদ্রিবা কবিগীনো ? নঙনা পূকচেল শেংবা ঙমদ্রবা, মবী অদু চেৎশিলহনবা ঙম্লোই। অদুগা ঐখোযদা অবানবা পূম্বা নমশিল্লক্কনি।

সুজাতা : ঐ মদুদি হায়খিদে।

নন্দিনী : মদুনা ঐখোয়না ফিভম অসি য়ৌবক্লিবা নৎত্রা ? থাজবা যাববা ইমুং অমদগী ব্রাতি লাকখি, মহাক্না মাগী মপাবু তুকৎচখি, সোঞ্চায়ন, দিপু অমসুং সমিবন নুংঙাইবা পাম্বা হায মিদল ক্লাস ইমুংশিংদগী লাকখি। সোমু, লালতু অমসুং বিজিৎনা বাজনীতি য়াওদবা বিফিউজি ইমুংদগী লাকখি। মনি অমসুং কুশালগী মমা মপাশিংনা লেফট ব্রিং পোলিটিক্সতা যাওবম্মী। অদুবু মখোয পূম্নমক্কী মান্নবা অমদি লৈখি: মচাশিংগা মমা মপাশিংগা অমগা অমগা মীতোপ ওইনখি।

সুজাতা : ব্রাতিনা ঐগী মবমদা ব্বাবী শাবম্বা ?

নন্দিনী . কবিগী শাদনি। ইমাগী পূকচেলবু ইকায খুম্নবা ওইনা জনুৱাবী ১৬ ফাওবা মহাক যূমদা লৈখি। মদু নৎলমদ্রবদি বেজ এবিযাগীদমক মহাক জনুৱাবী ১৫ দা যূম থাদোক্লমগদবনি।

সুজাতা : মদুবনে... মবমদুনা... মহাক্না যূমদা লৈবম্বনি হাযবা . . নুমিত্তুবু ?

নন্দিনী . ইমাগীদমক্তা যেংদুনা মহাক যূমদা হল্লক্তুনা লৈবম্বনি, অদুগা ঐহাক্না মঙোন্দা টেলিফোন তৌববা মতুংদা মহাক যূমদু থাদোকখিবনি।

সুজাতা : (*কুচ় তাইশিল্লকই*) নঙলনে, মঙোন্দা টেলিফোন তৌবকখিবদুবু ?

নন্দিনী : মান্নি। অনিন্দযানা ঐখোযদা মীনল্লে, অদুগা সোমু অমসুং মহাক্কী কাঙবুনা মখোযগী লোকেলিতিদা হনখ্রে হেক খঙবা মীৎকুপ্তুদা ঐনা ব্রাতিদা খঙহনখিবনি। ব্রাতিনা পাউদু

বিজিৎতা টেলিফোন্না খঙহনগদবনি "হাক্লা মদুম হায়না তৌগনি হায়না ঐনা খল্লম্বনি। মহাক্লা মফমদুদা মশামক চৎকনি হায়বসি ঐনা খনখিদে... ।

সুজাতা : নঙনা কবম্বা মতমদা খঙলকপনো ?

নন্দিনী : (*কংনোক নোক্লনা* ) নুমিত্তুগী অযুক্তা ঐবুসু ফাখি। অনিন্দয়ানা যুনিট পূম্বা অমা মীনমখি। ঐনা পুলিসতগী ফার্ষ্ট ইনফোর্মেসন্দু ফংখিবনি।

সুজাতা : অদুদগীদি ?

নন্দিনী : জেলদা। মী কনা অমত্তা লৈতবা সেলদুদা। তমথীনা ওৎ নৈখিবদু (*সুজাতা থক থক নিকই। নন্দিনীনা মখা তাবকই*) অশেংবনি, শাথিবা মীওৎনি।

সুজাতা : নন্দিনী !

নন্দিনী : (*মহাক্কী অমুবা মচুগী আনোক অদু লৌথোকই অদুগা টেবল মথক্তা থমই । ফম্বাক্কী শকক অদুদা মঙাল অসুম মমথবকই। অমম্বা কা অমদা মখোযনা ইন্ট্রোগেসন চথৈ।)* ইতোমতা কনামত্তা লৈতবা কাদুদা। অদুদগী নোংমদি অতোপ্পা কা অমদা ঐবু কৌদুনা পুথোকই।

*ফম্বাক্তু মৈ মমখি। সুজাতা মপান্দা থোকখি ।*

# তরাশুবা

*ফম্বাক অদু মৈ ঙাম্থোবকই। নন্দিনী চৌক্রি অমদা ফম্লি, সবোজ পালসু মহাক্কী মাযোক্নবদা চৌক্রি অমদা ফম্লি। নন্দিনীগী মমাযদা সিন অদুমা চুপ্পা অঙানবা মৈঙালনা কাপ্পু না লৈ। মবক মবক্তা নন্দিনী পাখৎলি, মখোঙ থাঙ্গৎনবা হোৎনৈ, অদুবু মখোঙ অমসুং মখূৎশিং চৌক্রিদুদা পূনশিন্দুনা থম্বনা উপায লৈহন্দে।*

সবোজপাল : নন্দিনী মিত্রা নৎত্রা ?

নন্দিনী : মান্নি।

সবোজপাল : *(রিপোর্ট অমা পাথবকই)* পীতা, সুর্যাকুমাব মিত্রা, অলিপুব কোর্টতা উকিল ওইবা। লৈফম্না ২৩/ ২ / ১এ ফোনি গোৱালা লেন, কালিঘাট।

নন্দিনী : চুমই।

সবোজপাল : প্রেসিদেন্সি কলেজদা তমই ?

নন্দিনী : দিটেল পূম্নমক নঙোন্দা লৈরে।

সবোজপাল : ডিসেম্বব ১২দা নঙগী ক্লাসমেটশিংগা ডিঘাদা চৎলুব্রা ?

নন্দিনী : চৎলুই।

সবোজপাল : *(মপূক্লিংদা মোমোন নোক্লুনা)* অদুবু নঙ ডিঘাদা চৎখিদে। নঙনা নীপামচাশিংগা লোযননা চৎখি। গ্রুপ্পু দা অতোপ্পা যাওখিদে, নথন্তনি।

নন্দিনী : যাওখি।

সবোজপাল : ক্রিমিনেল গেং অমগা লোয়ননা নঙনা ডিঘাদা কুষ্কো অমা তৌনবা চৎখিবা নৎত্রা? পাউদু তাবদা নঙগী বাবাদু ব্রাম্থখি।

নন্দিনী : মদু অবানবা পাউনি।

সবোজপাল : অদুদি নখোয় ডিঘাদদি চৎখি।

নন্দিনী : চৎপুদি চৎখি।

সবোজপাল : ঐনা পাউ ফংবগী মতুংইন্না, নখোয় ত্রেন্না মফমদুদা চৎখি।

নন্দিনী : চৎখিদে।

সবোজপাল : খাবাগপুবদগীনা ডিঘা ফাওবা নখোয় ত্রেন্না চৎখি। নখোযগী লমথুংফম অদুনা দেবলানি। নঙগা মনিগনা দেবলাদা লৈদুনা কেদবশিং ত্রেন তৌনবা অদুগা অতৈনা হনখিনবা খন্নখি। মমাঙদা নঙগা মনিগদি ইন্টব কলেজ বাইফল সুট্রিংদা কম্পিপটিসন যাওখি। খুঙ্গংশিংদা গোবিলাশিংবু ত্রেন তৌনবা নখোযনা লেপ্পখি।

নন্দিনী : লেপ্পখিদে।

সবোজপাল : নখোয় দেবলা চৎনবা বস ফাগে তৌবম্বনি, অদুবু পুলিসনা বসত সার্চ তৌগদৌবে হাযনা সোঞ্চযন্না পাউ পীবকপদগী মদু তৌখিদবনি। অদুদগী হাযৱেদা ত্রক অমা ফাবগা তাং ১২ অদুমক্তদা নখোয় হল্লকখিবনি।

নন্দিনী : নত্তে।

সবোজপাল : তাং ১২দগী হৌদুনা নুমিৎ মঙানি চুপ্পা নখোয়না ডিঘাদা লৈবল্লবদি তাং ১৩দা নখোয়না নিতু পালগী মযূমদা কবম্না চৎপা ঙমগদৌবিবনো?

নন্দিনী : *(পীশুম শুক্কুনা, মখোযদা লৌনম তৌবল্লিবা মীওইদু কনানো খনবদা ঙক্কদুনা)* ঐ মফমদুদা চৎখিদে।

সবোজপাল . ঐ খঙই নিতুগী মক্কপশিং। সমিবন, বিজিৎ,পার্থা ..।

নন্দিনী : ঐ মখোযবু খঙদে।

সবোজপাল : অদুবু মদুগী ইনফোর্মেসন ঐঙোন্দা লৈ। *( মোমোন লোকই)* নঙগা মখোযগা যাম্না তোবোৎ খোদানৈ হাযবগী। নঙনা স্মীবনগী মযূমদা চৎতুনা নোংমৈশিংদু লৌখি অদুগা বিজিৎকীদমক থমখি। সোঞ্জযনগা লোযননা নঙনা পোষ্টবশিংসু ইখি। অদুগা কালিঘাটতগীনা যাদবপুব ফাওবা পাউশিং পুখি। *(ঙাযহাক খংলেপ লেপ্লগা)* নঙনা পার্থা অমসুং মখোয খবগা লোযনদুনা পাইপগন শাবসু তম্মী। অদুগা নঙনা মখোযবু খঙদে হাযবিবা?

নন্দিনী : *( কোন্নথংদা খঙলক্কুনা)* অনিন্দযা!

সবোজপাল : চুম্মী। অনিন্দযা অফবা নীপামচানি। মহাক্কী মবৈবাক, মহাক্কী খুন্নাইবু মানা নুংশি। *(ঙাযহাক লেপ্লগা)* পার্টিদুদা নহাকপু পুশিল্লিবসি কনানো?

নন্দিনী : ঐ ব্রা অমত্তা হাযবোই।

সবোজপাল : যাম্না ফবে। *(নন্দিনীদা যেংদুনা)* নঙগী লমকেৎ লম্মাইবা মতৌদুদা নমা নপানা যানীংলমগনি হাযনা নঙ খনব্রা?

নন্দিনী . ঐ ব্রা অমত্তা হায়ববোই।

সবোজপাল : মখোয় পূম্নমক্লা নঙবু খঙহন্দবগী ব্রানি, মখোয়দি ঐখোযদা মতেং পাংলিবনি।

নন্দিনী : ঐ নঙবু থাজদে।

সবোজপাল : কবিগী ? মখোযবু লৈবা য়োনবা যাবোই হাযনা নঙনা খনব্রা ?

নন্দিনী : যাবোই।

সবোজপাল : হঞ্জিন হঞ্জিনবা ক গংবদা হংনা তম্ববে। হাযববোই। ব্রা হাযববোই। ব্রা অমত্তা হাযববোই। কলেজগী ডিবেত্তদি নঙনা ব্রা ঙাংবদু ব্রাহে ব্রাতাশিংদু যাম্নমক শুদ্ধৎখিবনি।

নন্দিনী : ঐ কবিমত্তা তাবা পামদ্রে।

সবোজপাল · *(শাথীবা খোনফমদা)* অদু ওইববদি ফবে, ফোটোশিংসিদা যেংঙু।

নন্দিনী : ফোটোশিং ?

সবোজপাল : মোর্গতিগী পুবকপা ফোটোশিংনি।

নন্দিনী : যেংঙোই, ঐ ফোটোশিংদু যেংঙোই। *( মমায লৈথোকই, অদুগা মখোঙ থাঙ্গৎনবা হোৎনৈ অদুবু ঙমদে।)*

সবোজপাল : কবিগী য়েংলোইদৌবিবা?

নন্দিনী : যেংঙোই, ঐ যেংঙোই। *( ফোটোগ্রাফতু মমীৎ মমাঙদা লৈশিল্লকই।)*

সবোজপাল : *( ফোটোগ্রাফতু মীৎমাঙদা পাযবগা)* মসিদা য়েংঙু, মসি সোমু দত্তা বায়নি।

নন্দিনী : নত্তে, সোমু নত্তে।

সবোজপাল : অদুগা মসিনা বিজিৎ গুহনি, অদুগা ... *( ফোটো অমগী মথংদা অমা পাযবদুনা)* অদুগা ...?

নন্দিনী : কনা ব্রাৎলি ? *( খাংঙমদনা লাউবকই)*

সবোজপাল : অদুগা মসিনা ব্রাতি চট্টোপধ্যায়নি।

নন্দিনী : নত্তে, ব্রাতি নত্তে। *( মকোক অদু খংলে লৈথোকখি, অদুবু সবোজ পালনা ফোটো অদু মহাক্কী মীৎমাঙদা পাযদুনা লৈ। নন্দিনীনা হন্না হন্না হায)* নত্তে, ব্রাতি নত্তে।

সবোজপাল *( তপ্না)* ব্রাতি চট্টোপধ্যাযগা নঙগা কবি মবী লৈনবগে? মাবু নঙগী মব্দপ্লা ?

নন্দিনী : তুমিন লৈযু।

সবোজপাল : *( হান্নগী খোনফমদুমক্তদা)* ব্রাতি চট্টোপধ্যাযগা নঙগা কবি মবী লৈনৈ ? *(নন্দিনীবোমদা নোঙ্বগা চুব্দপ অমা চমখৎলি, নন্দিনীগী মখজাইদা অচাকপা চুব্দপতু নমশিল্লি। নন্দিনীনা লাউই।)* ব্রাতি চট্টোপধ্যাযগা নঙগা কবি মবী লৈনৈ? মাবু নঙগী মব্দপ্লা?

*সবোজ পালনা চুব্দপ্পু অমুক চিংই অদুগা নন্দিনীগী মশাদা অমুক নমশিল্লি। নন্দিনীনা লাউই। মদুগী মওংদু অদুমক চৎখি। ফম্নাক্তু মমশিল্লকই। সবোজ পাল হৌগৎলগা মপান্দা থোকখি। সুজাতা চঙলকই অদুগা ফম্ফমদা ফমথৈ। নন্দিনীনা অমুবা আনোক্তু উপশিল্লি।*

# তরামাথোইশুবা

*ফম্বাক্তু মৈ ওাল্লকই।*

সুজাতা . *( নুংহিক্লবা খোনফমদা)* নন্দিনী ! নন্দিনী !

নন্দিনী : মদুনা অহৌবনি।

সুজাতা · মদুনা অহৌবা ?

নন্দিনী মদুগী মতুংদা কবি থোকখ্রবগে হায়বদু ইশামক্লা ইমাদা তম্বা ওল্লবোই। *( ওায়হাক লেপ্লগা)* উনশাদা শোকখিবা অদুদি ওইশিনখ্রে অদুবু ঐগী মহৌশাগী ফিভমদি অমুক হঞ্জিল্লক্লবোই। *(খুৎশাশিংদুনা মমায অমদি মথবাক্তা নাল্লকই।)*

সুজাতা *(শিথ্রবা ব্রাতিদগী নন্দিনীনা হেন্না অবা পোৎলুম পুবি হায়বসি মহাক খওলকই)* অদুবু ব্রাতি লৈত্রেদো নন্দিনী।

নন্দিনী · মদুগী নত্তে। *( মোমোন নোক্লুনা)* কবিগুম্বা খবনি। ঐনা জেলদা চওলবা মতুংদদি ঐগী ইনাক্তা চওলকপা নীপা পূম্বা পুলিসমেন ওইনা উবে।

সুজাতা : নন্দিনী !

নন্দিনী : কবিগুম্বা মতমদা ঐনা ওক্লা খনখি, ব্রাতিবু ঐনা নোংমা কাউথোকপা ওমগদ্রা হায়বা? ঐ ওকখি, মীশি- মীনা থোকখিবশিংদো ? ইমু- নাইমু তান্নখিবশিংদো,

পূম্নমক্তু কবিসু কান্নদ্রব্রা? ঐ ঙকখি, অফা-অপূনশিংদো, হাৎনখিবশিংদো অদুগা ইমু-নাইমু তান্নখিবশিংদো, কবিসু লৈতবা মবমগী ওইখ্রব্রা ?

সুজাতা : অদুবু পূম্নমক্তু হৌজিক্তি ঈংথখ্রে, নন্দিনী ।

নন্দিনী : *(লাউবকই)* নত্তে। নত্তে। নত্তে। নত্তে। ঈংথদ্রি, কবিসু ঈংথদ্রি। কবিমত্তা হোংখিদ্রি। বিচাব তৌদনা নহাবোল লিশিং কয়া জেল মনুংদা লৈবি। মখোয়বু ফংফম থোক্লবা বাজনীতিগী ষ্টেটস ফংহন্দ্রি। অদুগা কবম্না হাযবিবা হৌজিক পূম্নমক্তু যান্নখ্রে হাযনা ? হৈ-শিংনা, যাম্না লোন্না থুপ্না অওৎ-অনৈ অদুম চখবি, অদুগা পূম্নমক ঈংলে কবম্না হাযবিবা ? পূম্নমকসিবু ঈংলব্রা ? পূম্নমক ঈংথদ্রি হায়বসি নখোয বুদ্ধি তানা খনবগী তঙাযফদবা লৈবি।

সুজাতা : *(মহাক্কী ব্রাখলদগী ব্রাতিবু ঙাযহাক্তং থৈদোক্লগা নন্দিনীগীদমক খন্দুনা)* তপথৌনে নন্দিনী।

নন্দিনী : নহাক্লা কমদৌনা পেন্থোক্লগা ঈংথনা লৈবিবা? অসুক যাম্বা নহাবোলশিং হাৎতোকপিখ্রবা, কযা অমনা ফাজিনবিখ্রবদা, নহাক্লা ঈংথনা নুংঙাইনা কবম্না লৈগদৌবিবনো? মসিদি নখোযগী ব্রাহৈদা 'তেংবানবা অসি যাইফবি, ঐখোয নুংঙাইনা হিংসি', হায়বা অদুনি। মদুননি ঐহাকপু য়াম্নমক কিহল্লিবা ? কবম্না নখোয়না পূজা, কনসর্ট, কলচবেল ফেষ্টিভেল, ফিল্ম ফেষ্টি ভেল অমসুং পোইত্রি ফেষ্টি ভেলশিং পাঙথোক্কদৌবিবা?

সুজাতা : নঙবু হৌজিক কবি তৌগে খল্লিবগে?

পাযশিল্লি। মহাক্কী মমীত্তা থাজদবগী ীংযেং অমা উই। মথবাক্তা চাউনা ডি.সি.ডি.ডি. হাযনা থাবা বেদজ অমা থেংলদুনা সবোজ পালনা হেক চঙশিল্লকপগা অমম্বা সার্কল অদু মৈ ঙাল্লকই।

সবোজ পাল : *(মনুংদগী তেপকী খোঞ্জেল)* ঐগীসু ইমা অমা লৈ...। নত্তে, নঙগী নচানুপা ডিঘাদা কৈদৌনুংদা চৎখিদে...। যাবোই, যূমসিদা মযামসি ঐখোযনা থল্লম্লোই.. । নঙগী নচানীপানা তৌখিবশিংদু ঙাকপিফম থোক্তবনি ..। যাবোই, নঙনা হকচাংদু লৌবা যাবোই .। নত্তে, হকচাংদু নত্তে।

*( তেপ্পু মূৎখি। ব্রা ঙাংনদনা সুজাতা অমসুং সবোজ পাল অমগা অমগা মাযোক্লবি।)*

বিনি *(চৎখৎলক্তুনা)* লেঙশিনবিবক্লবোইদ্রা?

সবোজ পাল : যাবে। ঐ দিউতি লৈবি। ঙসি বাবানগব অমসং কাশিপুবদা মীযামগী ইবাং অমুক হৌখ্রে। *( সুজাতাদা অমুক যেংই, অদুগা তেপ্পু অমুক তাবকই।*

সবোজ পাল : *(মনুংদগী তেপ্তা)* ১০৮৪ গী মমা..। ব্রাতি চট্টোপধ্যাযগী মমা। ঐ খঙই, মাগা থেংনগনি হাযবসি, অদুননি ঐনা লাকপা পামখিদ্রিবা (*তেপ্পু লেপখি, বিনিদা)* তো.. অমসুং তুলিদা ঐনা যাইফ পাউজেল পীবস্মী হাযনা তম্বিযু।

*(সবোজ পাল মপান্দা থোকখি। ভান অমা ষ্টার্ট তৌবগা সাইবেন খোংদুনা কন্না থৌখিবগী মখোল অমা*

*মপান্দা তাই। মতৈ মনাওশিং জগোয শাবিবা মফমদুদা বিনি চঙশিনখি। জ্যোতিনা মাবু মখূৎ চিংশিন্দুনা জগোয শামিন্নৈ।)*

সুজাতা : হৌজিকসু যুনিফোর্মদা লৈবিব্রা ? দিউতিসু তৌবিব্রা? বাবানগবদা মীযামগী ইবাং অমুক হন্না হৌবক্লব্রা । *(উকক লৈদুনা জগোয শাবিবশিংদুদা অমুক ওনশিন্দুনা)* হৌজিকসু হোলষ্টবদা ব্লেক মেবিযা বিভোলভব যাওবিব: ভান মনুংদা হেলমেট উপ্পা পুলিসমেনশিং যাওবিবা ? মতমসি কদাযদা মখোযগী থবক লৈবিবা ? কদাযদা সাইবেন্দুনা লাউনা খোংলুদৌবিবা ? বুটকী মখোলশিংনা, তুজুংলবা ভানগী মখোলনা কবম্বা লম্বীদা চৎকদৌবিবা? নোংমৈ গুলিশিংনা নুংশিৎপু কদাযব্রাযদা হুৎকদৌবিবা? *(ভাবোকলোমদা ওনশিন্দুনা) নখোযনা ঙাংথোক্লিবদুবু কবিগীনো ? ঙাংথোকউ, লাইবক্লেনগী যেংদুনা, ঙাংথোকউ, ঙাংথোকউ, ঙাংথোকউ। কযাম কুইনা নখোয খাঙজিন্দুনা লৈগদৌবিবনো ? মীহাৎপা লৈতবা, নোংমৈ গুলি লৈতবা, কৈশুমশঙ লৈতবা, পুলিসকী ভান লৈতবা মফম্বু কদাযদা লৈবগে। (ফম্বাক্তুদা কোযচৎ চত্তুনা)* মসি পুম্নমক অসিবু নঙনা কবম্মা নান্থোকপা ঙমগদৌবিবনো? ব্রাতি, কলকতাদা, নোংচুপ বঙ্গালগী অৱাংদগী খা ফাওবদা, নোংপোক্তগীনা নোংচুপ ফাওবদা? নঙনা তুংকোইনা চেন্দুনা অসুম লৈবা ঙম্লোই, ব্রাতি। ব্রাতি হল্লকখো।

ঙসিদি ঐনা নঙবু ফংলে, ব্রাতি। সাইবেন্না অমুক হন্না যাক্লা খোংলক্লবা, পুলিসকী ভানশিংনা যাংনা থৌবক্ল বা, অদুগা সবোজ পালনা অতোপ্পা নহাবোলশিংবু মফম খবদা তান্নবক্লবা, নখোয অমুক হন্না মাঙলগনি। *( ভাবোকশিংদা অমসুং জগোয শাবিবশিংদা মখূদোম্বী থিন্দুনা)* অশিবা হকচাংশিং, চপ চপ তিংলবা অশিবা হকচাংশিংনি। নখোয লোযনমক *(মশাদা খূদোম্বী থিন্দুনা)* অদুগা ঐ ইশামকসনি ? কবিতাগী ফজবা ব্রাহৈ খোন্দা, অঙাংবা গুলাপশিংগা পূক্লিং হুনা ফজবদা, নিংএন লেম্পগী অঙানবা মঙালদা, মমাগী মোমোন নোকপা মিনোক্তা, অঙাং নৱানা কপ্পদা, মতম শাংনা তাইবঙপালসিনা লৈবিবমখৈ, ফজববা নীংথিজববা তেংবানবগী অবিবা হবাও তযাম্বগী মমি অসি ফংননবা, শিনম নম্বা নখোযগী পুন্সি মহীং অদুদগী কনবিনবা ব্রাতিনা শিখিবা নৎত্রা? তেংবানবা অসিবু অশিবশিংদা শিন্নথোক্তুনা হবাও তযাম্না লৈহৌনবখক অহিংবশিংনা শিবিব্রা? নত্তে! কৈদৌনুংদসু ওইথোক্লোই। *(দিব্যানাথ অমসুং কপাবিযা মতৈ মনাওগা লোযননা জগোয শাবিবশিংদু জগোয শাবা তোক্তুনা ফম্বাক্কী মনীংদা হম্বগা লেঙদদুনা লেপ্লু না লৈ)* ঐগী "যাদে" হাযবিবা ৱাহৈ অসিনা সহবসিগী থম্মোয শেগাইদুনা চঙখিসনু, নোংমদোল পক্লা পাইখৎসনু, বাজ্য অসিগী কাচিন কোযাদা নুংশিৎনা পুদুনা তম্মুসনু। হৌখ্রবা, হৌজিক অমুক লাক্কদবা মতম্বু

মসিনা নীকহনসনু। মসিনা মীপূম তিংনা মীত্তগী চেন্থবকপা হবাও তয়াম্বগী পীবাংনা সনাগী পাত্র থলহনসনু *(ঙাযহাক লেপ্লগা)* ব্রাতি... *(মহাক তুথবকই, লেপ্লম্বা মযামদু মঙোনলোমদা খংচেন চেনশিন্নবকই)*

দিব্যানাথ : *(লাউদুনা)* মসি এপেন্দিক্সনা ওইবমগনি! মসিদি পোকথাইবে।

*ফিজং হাইথৈ।*

লোইববা